# ঐনা নঙবু নুংশিবগুম...
# নঙনসু ঐবু নুংশিবরা...



কেশাম প্রিয়োকুমার সিংহ

ꯑꯩꯅ ꯅꯉꯕꯨ ꯅꯨꯡꯁꯤꯕꯒꯨꯝ ...
ꯅꯉꯅꯁꯨ ꯑꯩꯕꯨ ꯅꯨꯡꯁꯤꯕꯔꯥ...

# ঐনা নঙবু নুংশিবগুম ...
# নঙনসু ঐবু নুংশিবরা...

কৈশাম প্রিয়োকুমার সিংহ




শৈরেংবশিংগী অপূনবা লূপ(শাল), মাণিপুর।

# ꯑꯩꯅ ꯅꯪꯕꯨ ꯅꯨꯡꯁꯤꯕꯒꯨꯝ ꯅꯪꯅꯥꯁꯨ ꯑꯩꯕꯨ ꯅꯨꯡꯁꯤꯕꯔ

# EINA NANGBU NUNGSHIBAGUM NANGNASU EIBU NUNGSHIBARA

*(A lyrical poem in Manipuri language)*



অইবা : কৈশাম প্রিয়োকুমার সিংহ
অযোঙবা : কৈশাম ওংবী অনিতা দেবী
হাওবম মবক কৈশাম লৈকায,
ইম্ফাল ৭৯৫০০১ না
শৈরেংবাশিংগী অপুনবা লুপ (শাল) গীদমক ফোঙজবা
মখমগী মওং : অইবা
মখুম য়েকপিবা : শান্তর্জিৎ মন্ডাং
হাওবম মবক চিংথাম লৈকায, ইম্ফাল
অহানবা ফোঙবা : ২০১২
মশিং : ৬০০
মমল : লুপা ১৩০

লৈহাবক ফংফম : অইবগী য়ুম অমদি শালগী ওফিস
(হক পুম্নমক অইবগীনি)

লাইরিক নম্ফম : উলেল্ মীতৈনা টাইপসেট তৌবগা
জিঃকেঃ প্রিন্টর্স, উবিপোক ওভব ব্রিজ মনাক্তা নম্বা।

# কৎচবা

খুরুমজরি নচানা পুনেমজরি
নুংশিরবা নুংশিরবী....হাদ....
ঐবু পোকপীরম্বা পোকপীরম্বী
মালেম লৈমাযসিদা নচাবু
খোঙদাফম পীবিরম্বা পীবিরম্বী
তাইবংপানগী ফজববু উহনবিরম্বা
লৈখিদ্রবা লাইওইখ্রবা পলেম-পম্বৌ
নচানা খোল্লাং-লমল শিংঙমখিদ্রবা
অনীগী মফমদা ঙসি
নচানা হৈত-হৈতা লেংশিন্দুনা ইজবা
ঈশৈ ময়েক খরগী লাইবিকসে
কৎচরি লৎনদনা লৌবিয়ু।

মতূং তাবা কযাদসু
পলেম-পম্বৌ নখোয়না
লাইবৈবাক্তগী হন্না য়েংথবিবক্তুনা
নচাবু পাঙ্গল থৌনা হাপ্পিয়ুনে
ঙমজগেনে কৎচবা নখুয়াদা
শৈবোল-শৈদা মখল শুনা।

নচা
কৈশাম প্রিয়োকুমার

# প্রসিদেন্টগী ৱারোল

পীকচরবসু মণিপুর সনালৈবাক অসি তোঙান-তোঙানবা হিরমদা খুদম ওইনা কলা-সংস্কৃতি অমসুং শান্ন-খোৎনবগী লমদা মালেমদা মশক তাক্লিবা অসিমক্ মণিপুরগী মীয়াম্না চাউথোকচনিংঙাই ওইরি। অসুম্না মগুণ লৈরবা ঈশৈ শৈরেং অমদি ৱারেং লাইরিক মখল কয়া কয়া অইবশিংনা ইবিদুনা সাহিত্যগী পূর্কেদসু লেপ্পা লৈতনা মশীং হেনগৎহন্নবগী পান্দমদা হৌখিবা শক ২০১০গী ময়াই চল্লকপদা ওল ইন্দিয়া রেদিও, ইম্ফালনা শকখঙলবা শৈরেংবশিং খরা পূনশিঞ্জরগা **শৈরেংবশিংগী অপূনবা লূপ** (শাল), মণিপুর কৌবা সংস্থান অমা শেমজখিবনি। মসিগী মরু ওইবা পান্দমদি চহী খূদিংগী ওইনা শালনা মখল কয়াগী ঈশৈ ময়েকশিংবু লাইরিক ওইনা ফোঙদোকচরগা মণিপুরী সাহিত্যগী লমদা অমদি নুংশিরবা সাহিত্যবু পামজবা পামজবী অমদি ঈশৈ-নোংমাইবু পামজবা পামজবী কয়াদা খূদোল তমজবনি। অসুম্না চহী অনীমুক অসিদা ঙসি ঐগী ইনাও শ্রী কৈশাম প্রিয়োকুমার সিংহনা ইবিদুনা ফোঙজরিবা "ঐনা নঙবু নুংশিবগুম নঙনসু ঐবু নুংশিবরা?" হায়না মিংথোনবা লাইরিক অসিনা মহাক মশাগী ওইনা অনীশুবা ফোঙবা লাইরিক্লি অদুগা শালগীনা তরাশুবা লাইরিক্লি।

অসুম্না ঈশৈ শৈরেংগী লাইরিক অমা হন্দক ইনাও অসিনা ফোঙবিদুনা মীয়ামদা খূদোল তম্বীবগীদমক্তা শালগী মহূৎ শিঞ্জরগা ঐগী ইনাও শ্রীপ্রিয়োকুমারবু পূক্লিং থৌগৎচবগা লোয়ননা থাগৎচবা ফোঙদোকচরি। হৌখিবা ইং কুমজা ২০০৬ তসু মশামক্কী ময়েক্তা ওদিও এলবম কেসেত অমসু পুথোকপিদুনা শক্লাইরবা অইবা শৈরেংবা বিঃ জয়ন্তকুমার শর্ম্মা অমদি লাইওইখ্রবা শক্লাইরবা শৈশকপা নোংমাইথেম ৺পাহারী অমসুং শৈরেংবা শৈশকপা কৈশাম ৺জামিনিকান্ত মীওই অহুম অসিনা ফোঙদোকপিখ্রবনি। শৈরেংবা অসি খাঙবা কনবা, অচুম্বা চৎপা অমদি মথৌদা পূক্লিং চঙবা নহা ওইনা মচীন তুমখৎলক্লিবা শৈরেংবা অমনি।

মতৃং তারকপদসু শ্রী কৈশাম প্রিয়োকুমারনা মগুণ লৈববা লাইরিক মখল কযা লেপ্পা লৈতনা ইবিদুনা মীয়ামগী সেবা তৌবা ঙম্বা ওইহনবিয়ু হায়দুনা ঐনা ঈশ্বরগী মফমদা থৌনিজবি।

ইম্ফাল

তাং ২২ ৭ ২০১২

ঙাইবাংবম মুনিন্দ্রো সিংহ

প্রসিদেণ্ট

শৈবেংবশিংগী অপুনবা লুপ (শাল), মণিপুর।

# হায়জনিংবা খরদং

ঈশৈ মযেক্কী লাইরিক মথং মথং ফোঙলকপগী নুংঙাইববা তাঞ্জা অসিগা ইরোযননা শৈলেংবা, ইচানুপা কৈশাম প্রিয়োকুমার সিংহনা মাগী ঈশৈ শৈবেংগী লাইবিক "ঐনা নঙবু নুংশিবগুম নঙনসু ঐবু নুংশিববা?" হাযবসি দিঃ ভিঃ পিঃ তৌবা লোইরগা,পারগা ঐগী মত খবা ফোঙদোক্লবা পাবিবশ্মী।

লাইবিক অসি, ইচা প্রিযোকুমাবগী ঈশৈ শৈবেংগী অনীশুবা লাইবিক্কি। অহানবা ফোঙখিবদুনা "বিদায়না পম্বুং ওইবগেবা?" হাযবদুনি, হৌখিবা চহী ২০১১ ইংগী জুন থাদা ফোঙখির্বনি।

হন্দক ফোঙগদৌরিবা অনীশুবা লাইবিক অসি ঐ পাজবে। ঈশৈ ১০৩ যাওই, তোঙান তোঙানবা হীরমদা ইবনি। লাইশোল ঈশৈ, লৈবাক নীংবা ঈশৈ, থা শৈথাবা ঈশৈ অমদি নুংশি-নুংওনগী ঈশৈ। ঈশৈশিং অসি পাবা নুংঙাই, ফজৈ, ৱাহৈ ৱাতাশিং ঈশৈগা চূনবা ঙাক্তা ওই। থোইদোক্লা খন্থনা ইকদ্রবা ফাওবদা ঈশৈ ওইবা য়াবগী মওংদা তাম্থা নাইনা পাবা যাই।

লাইশোল ঈশৈদা অনৌবা ওইনা থোকপা খবা যাওবি, খূদম ওইনা মহাদেবগী ঈশৈ,' হে শম্ভু মহাদেব','কৈলাশ চীংদোনথক্তা ভাম্লোইবিবা', 'হে নীলকণ্ঠ নামিং শায়োন যাম্লিবা','গঙ্গাবু কোকথক্তা থোংলিবা, লৈতেংলিব', হায়দুনা ঈশৈ কয়া ইদুনা মহাদেবগী মবমদা মবীক চূম্না শৈথাবসি য়াম্না নুংঙাইজে, অসুম্না লাইশোল ঈশৈদা কয়া কয়া লৈবি হনুমান ঠাকুরগী, বিষ্ণু ভগবানগী, গনেশকী, দুর্গাগী, বামগী,লক্ষ্মীগী,সরস্বতীগী, শনিগীনচিংবা। খবা তোপ্না মীতৈগী লাইনিং-লাইশোলগী ওইবা ঈশৈদা 'লাইগী নিংথৌ লাইনিংথৌ' হায়বা অসিসু অনৌবা ঈশৈগী মখল অমনি। অসিগী মথক্তা পাম্লোইবীগী, নোংপোক নিংথৌগী, পাখঙবগী, সনামহিগী, ইমোইনুগী ৱাবী ৱাখোং থিদুনা ঈশৈ ওইনা শক্লবা লাইনিং শৈবোল মযাম অমা ইবা যাই, মসিনা লৌশিংগী পূক্কে হেনগৎহনবদা অচৌবা মতেং ওইগনি।

মহৌশাগী ফজবা শৈথাবদা হায়বি শৈবেংবনা অসুম্না 'শান্নবি কুবাক্লা লৈকোর্লসিদা/ কোযতান কোয়তান তান্নদুনা/ খোইমুনা ঙংলি লৈকাশিংদা/ হংলদুনা ব্রাহং লৈবাংশিংদা/ যেংবদা পূক্লিংসে শুক্ষংলেনে, হায়দুনা 'মহৌশাগী খুৎশেম তুংইন্না' হাযবা শৈবোল অসিদা। ফজৈ.... তাইবং শেন্বীবা মপুবু থাগৎচবা, ল'ইশোল ঈশৈ ওইনসু লৌবা যাবা ঈশৈনি। শিচ্ছা পাঙবগী ঈশৈদ .... 'হো ইচল খুঙ্গংগী ইচলও' হায়বসি পঞ্জনিংই, ঈশৈ অসিগী অহানবা অন্তবাদা হাযবি.' খ্বাংদা খ্বাংচেৎ কোক্তা কোকশেৎ/ লৈজবা ফিজোল শেৎচিল্লো নঙগী/ থিকনু মদুদা ইকাযবা কবিসু/ মদুনা নঙগীদি হিংনবা উপার্যনি'। খুঞ্জা চনু লৌকৃম্বী অমগী শকওং শক্তম শমজিন্না য়েকপা শৈবোর্লনি।

লৈবাক নীংবগী ঈশৈদা পঞ্জনিংবা খবদি 'ঙসি খোংজোম তুবেলসে' হ'যর্বসিনি, ঈশৈ অসিগী অহানবা অন্তবাদা খোংজোম তুবেলগী মতিক ময়াই শৈথাদুনা হ'যবি শৈবেংবনা .... 'কাযনা ঈশৈ শক্লম্বা/ খোংজোম কৌবী তুবেলসে/ তীর্থ ওইবেদো ঙসিদি/ মবৈবাক নীংবা মচাশিংগী/ সনাগী কালিনা ইখ্রে'। 'মণি মিংথোল ফংলিবী' হাযবা লৈবাক নীংবগী শৈবোল অসিদা, ইবমদমগী ফজবা শৈথাবদা শৈবেংবনা, ফজবা, চূনবা ব্রাহৈ শীজিন্নদুনা হার্যবি,' চীংলোন কযানা খুৎশম্নদুনা/ ইমা নঙবু ঙাক্লিনে/ অশংবা লৌবুক কযানা/ নঙগী ফজবা হাপ্পিনে/ চেক্লাশিংনা শৈথাবি ফজবসে/ শঙাইনা জগোয শাবি নতম্বাক্তা।, পঞ্জনিংবা অতোপ্পা লৈবাক নীংবগী ঈশৈ অমনা 'হে ইমা নুংশিববী পোক্লফম' হাযর্বসিনি। ঈশৈ অসিগী অহানবা অন্তবাদা শৈবেংবনা মণিপুবগী ফজববু শৈথাদুনা হার্যবি, 'খাগা অব্রাংগা শাংবা লমদম্নি/ নোংপোক নোংচুপ তেনবা লম্লেন্নি/ খৈনা যাঙ্কোক মানবা মওংনি/ চীংশাং পবেংনা পাম্খোম্বু ওইবীনি/ লোক্তাক্লা মিংশেল ওইবা লমুংশি/ অমত্তা ব্রাৎলোই থাবগী লোইবোই'। ফজবা, কবিতা শক্তি ফোঙদোকচবা ব্রাহৈ লোঞ্জলনি।

নুংশি নুংওনগী ঈশৈ শৈখল অসিদদি মবাং য়াম্মা কায়বে।..... নাইতোম শকপা, অনী শকমিন্নবা শৈবোল মখল মখলনি, হৌজিক মতমগী লোন্দা চঙবা, মতম অসিগা চূনবা ঈশৈ খবসু য়াওই, খূদম ওইনা....' ঐ ঙসি কেশিল্লগে' হাযবা ঈশৈ অসিগী স্থাযীদা হাযবি....ঐ ঙসি কেশিল্লগে/ মচূ তানা যেকশিল্লগে/ নঙগা উনবা চৎলমদাইসে/ নঙনা ইনাক্তগী লাপথোক্লিংদনবা/

করি নুংশিবা মনম চাইশিগে/ করি ফজবা ফিজোল শেৎসিগে মরমদি মখা ইরোই লোইবদা হায়রি-' লমহেনবীনি ঐদি অঙাওবীনি ঐদি/ নঙতগী রাখলদা নঙতগী মঙলান্দা/ ওইহন্নিংদে নঙবু লাম্লানবী কনাগী/ লৈহন্নিংই লেঙদনা ইনাক্তা অসুম....।' খরা মোর্দন চঙলবসু মীওইবগী পৃক্লিং ইথিলনি, মসিসু তোকপা য়াদে।

য়াম্না নুংঙাইবা, জোলি তাইপকী ঈশৈ অমনা ' হে তকএ তকএ অস শিরম্নিদা ' হায়বসিনি, নূপা নূপী শকমিন্নবনি, অতৈ হীরমদগী মসিনা অমুক তোঙাল্লি, মসিগুম্বসিসু এক্সন শোং মখল অমনি সাহিত্যক ওইদে হায়দুনসু থাদোকপদি য়ারোই পুন্সিগী মথেল অমনি।

অতোপ্পা ঈশৈ ' হো রাশী লৈবী পোজগসু তারিবী' হায়বসিনি য়াম্না খেংবা, জোলি তাইপকী ঈশৈনি, অপাবা অতাববু নোকহনগনি নুংঙাইহনগনি।

ইচা প্রিয়োকুমারগী অনীশুবা ঈশৈ ময়েক্কী লাইরিক "ঐনা নঙবু নুংশিবগুম নঙনসু ঐবু নুংশিবরা?" হায়বসিনা মতমগী মঙাল ফংদুনা মায়থোঙ মোমোন নোকচবা ওইরসনু, লোয়ননা ইচাগী মঙ্গল ওইবা, পুন্সি তোল্লোইবা, নুংঙাই য়াইফবা পীনবিয়ু হায়দুনা ঈশ্বরগী মফমদা ঐহাক্না প্রার্থনা তৌজরি।

ইম্ফাল
তাং২৫ ৭ ২০১২ ইং

বিঃ জয়ন্তকুমাব শর্ম্মা
ব্রহ্মপুর নহাবম, ইম্ফাল।

# থমজনিংবা পাউদম

খঙদে ৱাখলদা অকিবা অমদি অদুম লৈবদৌনা তৌই মসিবু হৌনবরা মীসু তৌরমগদরা? ময়েকশিংসি লাইরিক ওইনা ফোঙদোকপদা মতিক চারববা হায়না ইথল্লতা হংজৈ ৱাখলসিনা থম্মোয়দা। অদুবু করিনো খঙদবা ইথিল অমনা কল্লা ইনশিল্লকপগুম হৈত-হৈতা লেংশিঞ্জখিবা ঈশৈ ময়েকশিং অসি লাইরিক ওইনা ফোঙননবা শেম-শারকই অমসুং পুথোক্লিংবগী ৱাখল ফাওবকখি।

মমাঙদসু অসিগুম্বা ঈশৈ ময়েক চাম্মা (১০০) য়াওবা লাইরিক অমসু ফোঙজখ্রে। মদুদদি কয়াবু থোইনা খল্লুদে লানব-লান্দবা অঙাংনা মৈ কিদবগুম করিসু খম্থৌদনা ফোঙদোকচখ্রে। হন্দক্তি খরা চেকশিন্নিংবা ফাওবকই অদুবু ইরিবশিংসিসু অশোয়বা য়াওরম্বসু য়ারিবনি। অপাবশিংনা কবি খনখিগদগে খনবদসু অসুক্কী মতিক ৱায় থম্মোয়দা।

পুথোকচরিবা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ঈশৈ ময়েকশিং অসি কনাগুম্বা কনাগুম্বী অমত্তবু অতম্মনা থাদুনা নৎত্রেগা চৈদুনা ইজবা নৎচদে। পূম্নমক ৱাখলগী পরীংদা শাগৎচবা থম্মোয়দা ফাওরকপা ঙাইহাক-ঙাইহাক্কী ওইবা ইৱায়-ইনিলশিং অদু ইথোক্তুনা ফোঙজবা লাইরিক্তি অমদি মণিপুরী সাহিত্যগী চাউববা পূক্কেদা করিসু লৈত্রবা পঙলবা ঐহাক্কা হৈত-হৈতা লেংজদুনা শেমজবা ঈশৈ ময়েক্কী ওইবা লাইরিক " ঐনা নঙবু নুংশিবগুম নঙনসু ঐবু নুংশিবরা?" হায়না মিংথোনবা লাইরিক অসি খুদোল তমজবনি।

ৱাফম অমনা লাইবিক অসিদা লাইশোল ঈশৈ ময়েক, লৈবাকনীংবা ঈশৈ ময়েক অমদি মতম ঈশৈ, নুংশি-নুংওলনা মপুং ওইনা শৈথাবা পূম্না ঈশৈ ময়েক চাম্মা শুপ্পা অহুম (১০৩) য়াওরি। ঈশৈশিং অসি হৌখিবা চহী ইং ১৯৯১গী ওক্টোবরগী তাং ৭তা ইখিবদগীনা ইং ১৯৯৩ গী আগষ্টকী তাং ৮ ফাওবদা খর-খরা ইবা হৌরম্লগা ফনা কুইনা ইবা লেপ্পুরবা মতুংদা ইং

২০০৫ কী সেপ্টেম্বরগী তাং১৫ দগী অমুক মখা তানা খর- খরা ইবা হৌজদুনা ইং ২০০৬ কী জনুৱারি তাং ৬ ফাওবদা ইখিবা ঈশৈ ময়েকশিং খোমজিঞ্জদুনা পুথোকচবা লাইরিক্নি।

মতুং তারকপদা লাইরিকসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা ৱাবিখিবা প্রেসকী ইচিল- ইনাওশিং দিঃ তিঃ পিঃ তৌবিখিবা নুংশিরবা ইয়াম্বা শক্লবা মিং ওইনা পঞ্জরবদা উলেল্ মীতৈবুসু ঐহাক্কী মায়কৈদগী হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎপা ফোঙদোকচরি। লোয়নননা লাইরিকসিবু মশক থোক্লবা হোৎনবদা লাইরিকসিগী মখূম্বু য়েকপিরকখিবা মতম অমদা ঐগা কোলেজ অমত্তদা তম্মিন্নজরকপা নুংশিরবা মরূপ শীতলজিৎ মঙাংবুসু থাগৎচরি অমদি তৌবিমল খঙবা উৎচরি। মতুংদা ফোঙজরিবা লাইরিক অসিগী মরমদা ৱাফম খরদং থম্বিয়ু হায়জরুবদা মশাগী চিল্লবা মতম কয়াবু কাইথোকপিদুনা হরাও হরাও য়াবিরকখিবা মিং ওইনা পঞ্জরবদা ইবগী লমদা শক্লাইরবা পাবুং শ্রী বাচসপতিময়ূম জয়ন্তকুমার শর্ম্মাবুসু ঐহাক্কী মায়কৈদগী চাউরবা লমল অমা তোনশিঞ্জরে খঞ্জবগা লোয়নননা থাগৎচবা ফোঙদোকচরি অমদি তুং-কোইনা মীয়ামগী থবক থৌরম কয়াদা শরুক য়াবা ঙম্বা ওইবিয়ু হায়জবগা লোয়নননা ঈশ্বরগী মফমদা য়াইফ-মঙ্গল ফিগাউ শানা নিজরি।

অরোইবদা হায়জনিংবা ৱাফম অমনা লাইরিক অসিদা করিগুম্বা শোয়খি-লানখিবা কয়া য়াওরবসু পাবিরিবা সাহিত্যবু নুংশিবিবা ঙাকপিহৈবা অখঙ-অহৈশিং, মরূপ-মপাং, ইচিল-ইনাও অমদি লাই-গুরুগুম্লবা কয়ানা ঙাকপিগনি, লোয়নননা মতুংদা শোয়দনবা তাকপিরকপা পাউতাক খূদিংমকপুসু হরাওনা ফিগাউ শানা লৌজগনি অমসুং তুং-কোইনা লাইরিক কয়া মথং-মথং পুথোক্লনা ফোঙজবা ঙমজগে হায়বা ৱাফম অসি থমজবগা লোয়নননা খ্বাই মীয়ামগী মফমদা লাইরিক অসি খূদোল তমজরি।

ইম্ফাল — অইবা

তাং ২৬-৭-২০১২ — কৈশাম প্রিয়োকুমার সিংহ

# য়াওফম তাকপা


| মশীং | শৈরেং মমিং | লামায় |
|---|---|---|
| ১। | তাইবংবু শেম্বীবা শকউদবা ইবুংঙো | ১ |
| ২। | মায়াগী শক্লোন পুরিবা | ২ |
| ৩। | জগতপু শেম্বীবা ইবুংঙো | ৩ |
| ৪। | ঙসিগী তাইবং ঈপাকসে | ৪ |
| ৫। | কোলোই মিংলেন্দি অথোইবী | ৫ |
| ৬। | করিগী শীঙ্খুরি মীৎলুদা পিরাং | ৬ |
| ৭। | ইবুংঙো নঙদি জগতকী মপুনি | ৭ |
| ৮। | হে ইমা নুংশিরবী পোক্লফম | ৮ |
| ৯। | খুরুমজৈ নঙবু পোক্লফম মণিপুর | ৯ |
| ১০। | মতম কুইনা ফোঙলুদ্রবা | ১০ |
| ১১। | মহৌশা খূৎশেম তুংইন্না | ১১ |
| ১২। | লৈচিলগী মরক্তা থাজনা লোৎলিসে | ১২ |
| ১৩। | চান্নবী নঙনা চৎখিবা তারসু | ১৩ |
| ১৪। | য়েংজবা ঙমজদে ইমীৎসিনা | ১৪ |
| ১৫। | নশুংলাংগীনি খঙদবরা চান্নবী | ১৫ |
| ১৬। | ফংহৌরে ঐদি কায়না মৈশা | ১৬ |
| ১৭। | ৱারী কয়া ইখিনি | ১৭ |
| ১৮। | লৈরাং কয়ানা ফূগাইনা শাৎলিবা | ১৮ |
| ১৯। | হো ইচল, খুঙ্গংগী ইচলও | ১৯ |
| ২০। | অয়েকপা শক্তম্নি নঙগী | ২০ |
| ২১। | কায়নরমদাইদা অমুক্তং নোক্লম্মু | ২১ |
| ২২। | মণিনি নঙসে মণিনি | ২২ |
| ২৩। | মানা চৎখিবা মায়কৈদা | ২৩ |
| ২৪। | লাক্লে অনৌবা চহীদি | ২৪ |

২৫। খম্বহৌব্রবা ৱাখল অসিনা ২৫
২৬। কিজে কিজে নুংশিনবা ২৬
২৭। নুংশি হায়না হায়রুবা ২৭
২৮। হে হরি তাইবংবু শেম্বীবা ২৮
২৯। হে শকলোংপা ইবুংঙো ২৯
৩০ ইবুংঙো শম্ভু মহাদেব ৩০
৩১। ঐগী ৱাখলগী হিদেন অমদা ৩১
৩২। শেংলবা লমদম্মি ঐখোয়গী ইরম্মি ৩২
৩৩। থাশিগী মল্লবা অহিংনি ৩৩
৩৪। ঙাইবি ঐনা নুংশি মপাউ ৩৪
৩৫। ঐগী নুংশিবা কায়নরে ৩৫
৩৬। ফজে হায়গে চান্নবী নঙবু ৩৬
৩৭। নুমিৎ কয়ানি মৈচাক খাঙখিবা ৩৭
৩৮। কৈদৌঙে ফোঙদোক্কনি নুংশিবসে ঐগী ৩৮
৩৯। মণ্ডলানগী আশাদা পূক্লিংনা নীংলুরে ৩৯
৪০। মমিং তাবদদি ফজরমদৌ মাল্লি ৪০
৪১। পুন্সিনি তোববা́নি অমগী ৪১
৪২। ঐ- নঙদি ৱাংম-ৱাংমনি ৪২
৪৩। শক্লগে ঙসিদি ঈশৈসে ৪৩
৪৪। ইঙা থাগী অয়ূক্তা হৌরক্লম্বা ৪৪
৪৫। হে রাম তোল্লবগী মরুপও ৪৫
৪৬। কায়নরবসু নঙগা ঐগা ৪৬
৪৭। ঐনা শক্লিবা অৱাবা ঈশৈসে ৪৭
৪৮। চৎলবরা নঙবু চান্নবী ৪৮
৪৯। বসন্ত রিতুসে লাক্লবদা ৪৯
৫০। লৈতরে, লেমদরে, ফংদরে ৫০
৫১। য়াওখি ঐসু মীয়ামদুগী মরক্তুদা ৫১
৫২। হোংদ্রিবরা শকফম কায়দ্রিবরা ফিভম ৫২

৫৩। মেঙলা থাজ মঙালনা ৫৩
৫৪। পিরাংনা চোৎলবা মায়থোঙদা ৫৪
৫৫। নুংশি মকাদা মীৎতাঙলবা ঐনি ৫৫
৫৬। কায়নখ্রবী নঙবু কাউরগে খল্লুবা ৫৬
৫৭। কায়নবগী ঝাখল খলহৌদনা ৫৭
৫৮। ঐদি হায়রোই নঙোন্দা ৫৮
৫৯। নুংশি মীনোক তন্নবী ৫৯
৬০। থম্মোয় খঙদ্রিবী লৈরাংগী ৬০
৬১। গুলাবপু পামদুনা হেক্কে খল্লুবা ৬১
৬২। হরে কৃষ্ণ শোল্লু পূক্লিং ৬২
৬৩। হে গিরিধারি হে গোপাল ৬৩
৬৪। কৃষ্ণগী প্রেমদা ঙাওরবী রাধা ৬৪
৬৫। পোক্লরে ঙসি কৈশুমশঙদা ৬৫
৬৬। লাক্লে ঙসি নুমিৎতো ৬৬
৬৭। লাক্লো ইরমদম পূম্বগী মচাশিং ৬৭
৬৮। নীংশিংলিবরা নঙবু চান্নবীও ৬৮
৬৯। খোংজোম নুমিৎনি ঙসিসে ৬৯
৭০। খুরুমজৈ মণিপুর ইমাও ৭০
৭১। খোংলো বাশী নীংথিবা সুরদা ৭১
৭২। করিগী লাক্লি হে বসন্ত নঙনা ৭২
৭৩। ঐগী আশাগী হিদেন অমদা ৭৩
৭৪। ঝারবা পুক্সিগী তাংকক অমদা ৭৪
৭৫। লৈশাং তমদৌবা কিজৈনে ৭৫
৭৬। হো রাশী লৈবী পোজগসু তারিবীও ৭৬
৭৭। য়েংনবদি কুইরে মাগা ৭৭
৭৮। থম্মোয় হূবা হৈমল্লি মীনোক্তো ৭৮
৭৯। মেরা থা, হো মেরা থা ৭৯
৮০। থাজদনা থেংনখি নঙ-ঐ ৮০
৮১। খঙননিংই হে ফজবী নঙবু ৮১

৮২। হৈ... তকএ তকএ...:অস..শিরম্মিদা ৮২
৮৩। মণি মিংখোল ফংলিবী ৮৪
৮৪। লাংবল থানা লাকপদা ৮৫
৮৫। পোয়নু থাবু ঙাইজবা ৮৬
৮৬। ঙসি খোংজোম তুরেলসে ৮৭
৮৭। হে লময়ানবা হো শিনশুবা ৮৮
৮৮। মণিনি নঙদি মণিপুর ৮৯
৮৯। লাইগী নিংথৌ লাইনিংথৌ ৯০
৯০। শোল্লু পূক্লিং অপঙবা ৯১
৯১। পঙইদকো রাধা ঐসে ৯২
৯২। হে শম্ভু মহাদেব ৯৩
৯৩। কৈলাস চীংদোলথক্তা ঙাম্থোইরিবা প্রভু ৯৪
৯৪। হে নীলকন্থ নমিং শায়োন য়াল্লিবা ৯৫
৯৫। গঙ্গাবু কোকথক্তা থোংলিবা, লৈতেংলিবা ৯৬
৯৬। ঐ ঙসি কেশিল্লগে ৯৭
৯৭। ঐগী মঙলানগী চান্নবী ৯৮
৯৮। ঐনা নঙবু নুংশিজবগুম ৯৯
৯৯। ফজৈ হায়গে নহাকপু ১০০
১০০। ঐগা মীচানসি হো নঙবু শকহেনবী ১০১
১০১। ঐগী পুম্লিগী মরূপ ওইরম্বী ১০২
১০২। নঙগী শক্তম নঙগী মায়থোঙ ১০৩
১০৩। চীংমী তম্মী পূন্দুনা ১০৪

# তাইবংবু শেম্বীবা শকউদ্রবা ইবুংঙো

তাইবংবু শেম্বীবা শকউদ্রবা ইবুংঙো
নঙনা শান্নবা তাইবং লীলাসে
য়াওহনবিরি ননাইবুসু পুন্সিসিদা নহাক্না
পুবিয়ুনে ননাইবু অচম্বা লম্বীদা।

হৌরকফমসু নহাক্কি পম্লুংফমসু নহাক্কি
তাজৈদো ননাইগী পাপচেল্লা নাকোংসিনা
করম্বা শাজৎনা করম্বা লাইশোন্না
ইবুংঙো নঙনা পেনবনো খঙজদে
তাকপিয়ুনে ননাইদা নীংথিবা লাইশোলদো।

শোঞ্জরগে নহাক্কী মিংলেনতবু ইচিলসিনা
মল্লবা তাইবং মায়াগী ঈপাকসে
কবম্না লানগনি খঙদবা ননাইনি
পুশিনবিরো ননাইবু ননাক নক্না
মাযাগী তাইবং ঈপাকসে লান্ননবা।

৭-১০ ১৯৯১

# মায়াগী শক্লোন পুরিবা

মাযাগী শক্লোন পুবিবা
নশেক নঙাল উৎপিবিবা
শকউদ্রবা অথোইবা ইবুংঙো
চঙজবিনে নখোঙ খুযাখাদা।

নহাক্লা শেম্বীবা তাইবংসিদা
শান্নবি লীলা নহাক্লা
কনানা কপহল্লি কনানা নোকহল্লি
নঙগী লীলা অঙকপনি
খঙবা ঙম্লোই কনানা।

ইঙলবা নিংথমগী উনলেন্না
নহাক্কী নগুণ তাকপনি
শাববা কালেনগী নুংশানা
নহাক লৈবি খঙহনর্বানি
নোংলৈ নুংশিংনা নবিংজেলবু উৎপনি।

৮ ১০ ১৯৯১

# জগতপু শেম্বীবা ইবুংঙো

জগতপু শেম্বীবা ইবুংঙো
কৌজবি নঙবু তোল্লবনা
মফম কৈদা লৈবগে
তাকপিযু লৈফমদো ননাইদা।

চৎলুবে নঙবু থিজবা
মফম খৃদিং যৌকবে
তিৰ্থ কযাসু চঙলুবে
নঙবুদি ফংবা লৈতবে
কবিগী লোৎপনো নহাক্না।

হাযনবদাই নঙদি তোল্লবগী মর্কাপ্ল
ননাইদা কবিগী লোৎপীবি
নীংথিবা চেঙলৌদো উহনাবযু
পুশিনবিযু ননাক্তা ননাইবু
ফংজগেনে চবণ সেবাদো।

১০ ১০ ১৯৯১

## ঙসিগী তাইবং ঈপাকসে

ঙসিগী তাইবং ঈপাকসে
মাযাগী পাক্লবা ঈপাক্লি
হবি মিংলেনবু শোঞ্জবনা
মসিবু লান্নবা উপাযনি।

হবিনা শীনবা লীলানি
মানা শেম্বীবা তাইবংনি
মাগী পৃংলোন তুংইন্না
জীবশিংনা শিন্থা পাঙজবনি।

হবি মাগী মঙালদি
মফম খূদিংদা ঙানবনি
মাগী মশেক মঙালনা
জীবগী পাঙ্গল ওইবিবনি।

পুন্সি নুমিৎনা তাদ্রিবৈঙে
হকচাংদা থব্রাযনা লৈবিবৈঙে
শোঞ্জৌ পৃক্লিং অপঙবা
হবি মিংলেনবু তত্তনা।

১০ ১০ ১৯৯১

# কোলোই মিংলেন্দি অথোইবী

কোলোই মিংলেন্দি অথোইবী
চীংলোন্না পলবু শারিবী
ইমা নঙদি মণিপুর
মণিগী লৈবাক মণিপুর।

মপোক মপোক খূদিংদা
পোকচগে নঙগী নশাইগোন্দা
শিজগে নঙগী নতম্বাক্তা
ইমানি নঙদি পূকফবীনি
মফম কৈদা লৈত্রবা।

অকনবা মচা পোকপীনি
অচান-মীরায় নাইদবীনি
চঙজরকপবু চানবী হৈবী
ঐগী মীগী নাইদবীনি
মীনুংশি চাউবী ইমানি।

১১-১০ ১৯৯১

# করিগী শীঙ্খরি মীৎলুদা পিরাং

কবিগী শীঙ্খবি মীৎলুদা পিবাং
হে ইমা মণিপুব কৌবী নুংশিবী
তৈথোক্লো মীৎলুগী পিবাংদো
নপাবী নমোম শাবেপ ফাবেনে।

হাযবোনে ঙসিদি নপাবী নমোমদা
ইমানা হাযনিংবা ব্রাহৈ কযাদো
নঙগী পেন্দবা কবিবু লৈবিবা
তল্লোনে নপাউ চীথবা লৈতনা।

নচা লীশিং যোকপদা ব্রাবদা
মীমান্নদে খনবদা কপ্পবা নঙনা
খোইকুম মোমোন নোক্লোনে ইমা
নপাবী নমোমবু থৌনা হাপ্লিবো।

২১ ১০ ১৯৯১

# ইবুংঙো নঙদি জগতকী মপুনি

ইবুংঙো নঙদি জগতকী মপুনি
যুগ যুগ খূদিংদা শায়োনখিবনি
রঘুপতি শাগৈগী অথোইবা নহাক্নি
হে রাম দশরথ মপাবী।

তাজৈদো ননাইনা নঙগী নগুণ
অৱা অনা কযাবু কনবিবা
পাপচেল্লা কয়াবুসু লানবিবা গুম্বনি
তর্মথিবা বাবনসু লানবিখিবা নহাক্নি।

নঙগী কোলোই মিংলেনবু শোঞ্জগে
মপোক খূদিংদা ননাইবু ওইহনবিযু
চঙজবি নখোঙ খুয়া থম্বালদা
খীকপিবো ননাইদা থৌজালগী ঈরিক।

১২-১০-১৯৯১

# হে ইমা নুংশিরবী পোক্লফম

হে ইমা নুংশিববী পোক্লফম
নঙদি ঐখোযগী শেংলবা লমদম্নি
ঋতু কযানা থৌগল্লিবা নঙনি
জাতি কযাবুসু নাউকোল্লিনে নতম্বাক্তা।

খাগা অব্রাংগা শাংবা লমদম্নি
নোংপোক নোংচুপ তেনবা লমলেন্নি
খৈনা যাংকোক মানবা মওংনি
চীংশাং পবেংনা পাম্বোম্সু ওইবীনি
লোক্তাক্লা মিংশেল ওইবা লমনুংশি
অমত্তা ব্রাংলোই থাবগী লোইবোই।

খেন্নবা লাইনিং লাইশোল কয়ানা
ইমা নঙগী কোলোইবু শক্লিয়ে
লৈহাও চেল্লবা নঙগী নতম্বাক্তা
হৈবাং লৈবাংশিংনা জূমজূম হৌবিনে
নাংথিববা মফমসে যেংবগীসু পেল্লোইনে
ফংলোই অতৈ কৈদা থিবসু।

১৩ ১০ ১৯৯১

# খুরুমজে নঙবু পোক্লফম মণিপুর

খুরুমজে নঙবু পোক্লফম মণিপুব
অখাঙ কনবী পূকচেল তপ্পীও
কৌজগে নঙবু ইমা হায়না
মপোক মপোক্তা নচাবু ওইজগে।

ইমানি নঙদি নচাশিং কযাগী
মীওক মীচান হৈবী পলেম্নি
ধর্ম্ম কয়াগী ইতিনফম ওইবিনি
মান্নবা মীৎয়েংনা মীনুংশি যেনবিনি।

ইমা নঙদি শান্তিগী লাইবেম্বীনি
লৈবোই কৈদসু কোযনা থিবসু
নঙমুক পূকচেল ইঙবী তপ্পী
ঙাকপিবদনা নহাক্কী নগুণ ওইবিনি।

২২ ১০ ১৯৯১

# মতম কুইনা ফোঙলুদ্রবা

মতম কুইনা ফোঙলুদ্রবা
ঐগী নুংশিবসে ফোঙলগে
ঙসিদি নফমদা নুংশিবা- হো নুংশিবা।

অহানবা উকবা নুমিৎতুদা
থম্মোয়সে কযাদা খোযবাংখিবা
ঙসিসু ফাওবক্লে হান্নগুম্না
নঙবু উকবা মীৎকৃপসিদা
নুংশি হায়না হাযবগেকো।

কুমজা কযা ঙাইজবকপা
হাযগে খন্না হাযঙমদ্রবা
ঐগী থম্মোযগী পাউদমসে
তন্নগে ঙসিদি নফমদা
তাবিযু নাপ্লা খোযজংনা।

১১ ১১ ১৯৯১

# মহৌশা খুৎশেম তুংইন্না

মহৌশা খূৎশেম তুংইন্না
পাইরি পোম্বী চেক্লানা
তূফাং খপ্না নোংদোলথক্তা
হাপ্লিনে ফজবা অতিয়াগী।

শান্নরি কুরাক্লা লৈকোলসিদা
কোয়তান কোয়তান তান্নদুনা
খোইমুনা ঙংলি লৈকাশিংদা
হংলদুনা ব্রাহং লৈরাংশিংদা
য়েংবদা পূক্লিংসে শুম্মৎলেনে।

মসিরনে মহৌশাগী খূৎশেমদো
ওম্বোক্লসু নীংথিনা ফজৈদা
য়েংখি-য়েংখিবদা নুংওনহনবসে
মফম কৈদবু লৈরিগবা
থাগৎচরি নঙবু তাইবংশেম্বা।

১১ ১১ ১৯৯১

# লৈচিলগী মরক্তা থাজনা লোৎলিসে

লৈচিলগী মবক্তা থাজনা লোৎলিসে
যেংউনে নঙবু নুংশিদবা মতৌসে
ইকাযবমাল্লে ঙসিদি শকহেনবী থাজসে
লাক্লনি খনবদা নোংইন চেক্লাদো।

মখোল থোক্কনা তূমিন্না চৎলি
লৈচিলসু লক্লবি মাগী মতৌবু
খঙবনা থাজগী ৱাৰী কয়াদো
অমুকসু হন্দোকই অমুকসু খনজিল্লি
যেংনিংদুনা মতৌবু থাজ মাগী।

মীপাই চাউবী নীংথিববী থাজসে
মথৌদবু চিঞ্জবীনি মহৌশানা মহাক্তি
ইকাযনা থাংলিবা মাগী খোঙথাংসে
মালেম পৃম্বদসু থাবলবু যেল্লবনি
নোংইন চেক্লাসু লক্লবনি মতৌনা।

১১ ১১ ১৯৯১

# চান্নবী নঙনা চৎখিবা তারসু

চান্নবী নঙনা চৎখিবা তাবসু
ঐগী থম্মোযগী শৈহেক কযাসে
তাবিখো অমুক্তা তানিংনা নাপ্পদুদা।

ঐগী থম্মোয়গী পেন্দ্রবা পাউদম্ল
কাউবা ঙল্লোইদবা পুন্সিগী ৱাবীনি
তাবিখো নঙনা ইনাক্তা লৈবিঙে
লান্নদি লৌবিখিনু নঙনদি ঐবু।

কুমজা কযা ফুমদুনা থম্লকপা
ঐগী থম্মোয়গী শৈহেক কযাসে
লোত্তুনা থম্বা ঙমদবে ঙসিদি
চাংজৌ পাবক্লে, থিংঙমদবে পলসে।

১৩ ১১ ১৯৯১

# য়েংজবা ঙমজদে ইমীৎসিনা

যেংজবা ঙমজদে ইমীৎসিনা
নুংশিকবা মাগী চেঙলৌদো
থব্বায তানা নোংমতা
ইকাযথিবী মপোক ওইকবনা।

মানা ইমাঙদা লেপ্পবফাওদা
যেংজনিংবা মাগী শকফমদো
ইকাযবনা যেংজবা ঙমখিদে
থম্মোযসিসু তনিকপনা লৈঙমখিদে।

নুংশিকবনা ঐনদি মাবু
ফাওবি থম্মোযদদি যেংজনিংবদো
পূক্লিংসিসু তত্তনা লাঙহল্লিনে
কৌববনে মসিবু নুংশিকবা।

১৪-১১ ১৯৯১

# নশুংলাংগীনি খণ্ডদবরা চান্নবী

নশুংলাংগিনী খণ্ডদবরা চান্নবী
ঐনা ঙসি লেল্লিবা পুন্সিসে
কাউথোক্লবরা হায়যু চান্নবী নঙনা
অসুক কুইবসে নঙবু ঙাইজরকপনি।

নঙগী থম্মোয়না করিবু খল্লিবা
থেঙলবা ঙসিগী পুন্সি মতমসিফাও
পাউখুম অমদি পীয়ুনে নঙনা
করিগী লোম্ষোক্তবী শাদুনা লৈরিবা।

নুংশিবা মশক খণ্ডদবরা নঙবু
নংত্রগা অহেনবা থিবিবরা হৌজিকসু
করিগী অদুক কনবরা থম্মোয়দো
নুংশি হায়রোনে থেঙলেনে মতমসে।

১৫-১১-১৯৯১

# ফংহৌরে ঐদি কায়না মৈশা

ফংহৌরে ঐদি কায়না মৈশা
থম্মোয় খঙদনা নুংশিরুবৈ চৈনা
তাহৌরে পিরাংসু লেপ্তুনা মীৎলুদা
পৃকচেল খঙদনা থাজকবৈ মৈচাক।

থেঙলবা মতমদা ইথন্তা হংলক্লে
কবিনুংগী মাবু থাজকবা ঐনা
অচীকপা কয়াদা থম্মোয়সে পুঙমদ্রে
নীংশিংদুনা ব্রাবীশিংদো মৈচাক পীববে।

হে থম্মোয় অপঙবা থম্মোয
লেল্লু নঙদি পুল্সিসে নদোমতা
মৈচাক্তো খাঙদুনা চাক্ল-চাক্লা
থাজগনবা চল্লবা থম্মোয অদুদি।

১৫ ১১-১৯৯১

# ৱারী কয়া ইখিনি

ৱারী কয়া ইখিনি
ঈশৈ কয়াসু শকখিনি
তাইবংদা থৱায়না লৈরিমখৈ।

থাজরুবা আশাগী ময়োলদো
মীনুংশি য়াওদ্রবী মহাক্লা
তমথিনা লমখাওদা থদৎপিখ্রে
অমুক হন্না চোংদনবা।

ময়োল তেক্লবা আশাসিনা
কনাবু অমুক থাজরুনি
লাইজ ইরীকসু কংখ্রবদা
কবম্না হিংদুনা লৈরুখিনি।

১৫-১১-১৯৯১

# লৈবাং কয়ানা ফূগাইনা শাৎলিবা

লৈবাং কযানা ফূগাইনা শাৎলিবা
লৈকোলসে যেংবদা কযাদি ফজববা
মচু পূম্বনা তিল্লবা লৈকোলসে
মফম কৈদসু থিবা ফংলোইনে।

ঈশ্বরনা শেম্লকপা তাওলবা মফম্নি
লৈবোই মান্নবা থিবসু কদায়দা
মীবায়বা তৌনুকো মফমসে নহাক্লা
কাউগনু নখোযসু নবমদম পোক্লফম।

খেন্নবা লৈবসু অমগা অমগা
পূনশিল্লো থৌনাদি অমত্তা ওইনা
অপূনবৈ শক্তমসে ঙাক্লসি ঐখোযনা
উৎলমসি মালেমদা ঐখোযগী শক্তমসে।

১৬-১১-১৯৯১

# হো ইচল, খুঙ্গংগী ইচলও

হো ইচল, খুঙ্গংগী ইচলও
কুমগী নোংনা শাহৌ ফরিঙৈ
থোবক্লো লাক্লো শিন্থা পাঙলসি
কূন্নসি লাক্লো হাঙলবা লবুক্তা।

খ্বাঙদা খ্বাঙচেৎ, কোক্তা কোকশেৎ
লৈজবা ফিজোল শেৎচিল্লো নঙগী
থিকনু মদুদা ইকাযবা কবিসু
মদুনা নঙগীদি হিংনবা উপায়নি।

তাকনু মীৱাদো মীনা ঙাঙনবা
হাযজসনু নঙবু লৌকুন্থীনি হায়না
শুদনা নুংঙাইবা যাবা হৌনদে
শুদবা মহাক্তো মদোম ৱাজনি।

১৬ ১১ ১৯৯১

# অয়েকপা শক্তম্নি নঙগী

অয়েকপা শক্তম্নি নঙগী
লোম্হোক্তা তূমিন ফন্লিবা
মীৎফম হোংবা লৈতনা
ঐগী মীৎয়েংগী মমাঙদা।

মোমোন নোকপা শক্তম্না
করিবু খল্লিবা নঙনা
খদাঙদা খূৎপু শৌরদুনা
করি হায়গে থৌরাংলিবা।

তম্লো ঐগী নাপ্পসিদা
হায়রো নঙগী অৱাৎপদো
ঐগী তুরিনা চোকথদ্রিঙৈ
হাপ্লগে নঙগী অৱাৎপদো।

২০-১১-১৯৯১

# কায়নরমদাইদা অমুক্তং নোক্লম্মু

কায়নরমদাইদা অমুক্তং নোক্লম্মু
নঙনা চৎখিবা তারবসু
বিদায়গী চৈখৈনা চিংদ্রিঙৈ
নুংশিগী থৌরীনা তৎত্রিঙৈদা।

লেঞ্জহৌগে পুক্সিসে মীনোক্কুদা
অৱা-মৈশা লাংদনা
অহিং-নুংথিল অনীদা
মীৎলু পিরাং তাদনা।

চৎখ্রো হরাওনা ইনাক্তগী
থনম্মু ঐবুসু নুংঙাইনা
ঐগী পুক্সি লেমহৌবসে
নঙনা অমুক্তং নোক্লম্বদুনা।

২০-১১-১৯৯১

# মণিনি নঙসে মণিনি

মণিনি নঙসে মণিনি
অৱাৎ-অপা লৈতবীনি
শৈথাবগী লোইবা নাইরোইদো
লমদম্নি নুংশিবা মণিপুর।

নঙগী লৌবুক লমহাংসে
থনবনি মহৈ মরোংনা
জাৎ ধর্ম্ম খায়দবীনি
মীওক-মীচান ফবীনি
লৈরোই নঙগুম্বী ইমাদি
মফম কৈদা থিরসু।

তাঙলবা লন্না থনবীনি
মালেমদা অনী শুদবীনি
মীথোইবা মচা পোকপীনি
মালেমদা মশক তাক্লিবনি
নশেক নঙাল চাউবীনি
ইমা নঙদি মণিপুর।

২০-১১-১৯৯১

# মানা চংখিবা মায়কৈদা

মানা চংখিবা মায়কৈদা
য়েংহৌই ঐনা তূমিন্না
নীংঙমদ্রবা চৈনা খাঙলদুনা
কাযববা থম্মোয়বু থেন্নদুনা।

নুংশি ইঙ্গিৎ উৎলন্নগা
কবিসু হায়বমদা তান্নখবে
নুংশি মতাং তৌবিদুনা
থম্মোয় কিশি থোক্লন্নগা
কাযনা ঈপাক্তা লংথবিবন্নে।

মাগী কল্লবা থম্মোয়দো
খঙলুদে ঐদি নোংমতসু
নুংশিবনা হাল্লুই খম্নুহৌদনা
ওইববোই নীংদুনা ঐতগী (মাবু)
থাজকবনা মাগী থম্মোযবু।

২১ ১১ ১৯৯১

# লাক্লে অনৌবা চহীদি

লাক্লে অনৌবা চহীদি
লাক্কবি চান্নবা মপাউদি
ঙাইবকপনি নুমিৎ কয়া
চান্নবগী নুংশি মপাউদো।

লাক্কনি হায়বন্মী মহাক্লা
লৈকোলসিগী চীক্লবা মফমদা
ঙাইবদা ব্রাবে থম্মোয়সিনা
নুমিৎনা চীংযা পাংখ্রবদা।

অমুক্তসু অসুম্না থোকখিদ্রি
চান্নবনা মব্রাহৈ শোযখিবা
ঙসিনা কবিগী লাক্লিবা
কবম্বা মাগী ব্রাখলনা।

ঙাইখিনি ঐদি মহাক্তবু
পুন্সি অসে কেল্লবসু
কুমজা কযা চৎখ্রবসু
থব্রায়গী থব্রায় মহাক্কীদমক।

২৯ ১১-১৯৯১

# খম্নুহৌদ্রবা রাখল অসিনা

খম্নুহৌদ্রবা রাখল অসিনা
মাবু বিদায় পীরুরে
কায়নখ্রবা মতূংসিদা থম্মোয়সে
নুংশিগী মৈনা চাক্লক্লে।

চন্নবী মাগী থম্মোযদো
খঙলক্লে হৌজিক্তা কায়নবগা
ফাওরক্লে নীংঙমদবৈ মৈচাকসু
করিগী মাবু চিংনরুবনো।

চাকখ্রসনু ঐগী থম্মোয়সে
নুংশিবী মাবু লৎনরুবা (মীরায়রুবগী)
পঙলবা ঐগী পুল্সিসে (মপোকসে)
লেল্লসনু মীৎলু পিরাংগা।

৩০-১১-১৯৯১

# কিজৈ কিজৈ নুংশিনবা

কিজৈ কিজৈ নুংশিনবা
হৌবিনু ঐঙোন্দা নুংশিবা
থম্মোয়সে শীজবা ঙমজবোই
নুংশি মহুদো কল্লমগনি।

নঙগী নৌথববা ব্রাহৈনা
খোইহি তৈববা চীনবালদুনা
তোযনা তোযনা থেম্বীবনু
ঐবু নুংশি হায়বিবনু
কাযনবৈ মৈচাক্তো কিজৈনে।

নুজা ওইবী মপোকসে
খাংঙু থক্তা কেমজনিংদে
নুংশি লৌনম তৌবিদুনা
মীৎলু পিবাং কংদবদো
ঙন্নোই ঐদি খাঙজবা।

৩ ১২ ১৯৯১

# নুংশি হায়না হায়রুবা

নুংশি হায়না হায়রুবা
নুজা নঙবু পামজদুনা
নঙগী থম্মোয় থাজরুবা
কায়না মৈশা লাংহৌরে।

থম্মোয় ইহুল তুংইন্না
ইকায় নুংশি য়ান্ননা
ফোঙখিবনি নফমদা নুংশিবা
ঐতগী ওইজনিংবৈ ৱাখলদা।

মঙলানগী আশা ওইহৌরে
নঙবু ঐনা খঞ্জরুবসে
হন্দক্কী মপোক অসিদি
নীংঙমদা অসুম লেনহৌবনি।

৩ ১২- ১৯৯১

# হে হরি তাইবংবু শেম্বীবা

হে হবি তাইবংবু শেম্বীবা
খুকুমজবি নঙবু তোল্লবা ননাইনা
থৌজাল ইবীক খীকপিযু নঙনা
পাপ চেল্লবা ননাইগী পুক্সিদা।

চঙজবি ননাইনা নখোঙ খুযাখাদা
পুবিযুনে নঙনা অচুম্বা লম্বীদা
হৈজদে ননাইদি লাইশোলসু নীংথিবা
খঙজদে থৌগলসু পেন্নবা নহাক্লা।

ঙাকপিহৈবা নহাক্লি ননাইবু ঙাকপিযু
লঙজখিবা ইবাল কোকপিযুনে নঙনা
পাঙ্গল থৌনা পীবিযুনে ননাইবু
পুশিনবিযু ঐবু নহাক্কী ননাক্তা।

৬-১২-১৯৯১

# হে শকলোৎপা ইবুংঙো

হে শকলোৎপা ইবুংঙো
মায়াগী শক্লোন পুরিবা
মফম কৈদবু লৈবগেনে
থিজরি নঙবু ননাইনা।

নঙদি জগতকী অথোইবা মপুনি
করিগী লোৎলি ননাইদা
মায়াগী তাইবং ঈপাকসে
খূৎশম্লনা পুবিয়ুনে নহাক্লা।

নঙবু থিবদা হৌখরে মতমসু
তেল্লবা পুক্সি খোঙচৎসিদা
থবায়না হকচাংদা লৈরিঙৈ
ঊৎপিরো ননাইদা অশেংবদো।

৬-১২ ১৯৯১

# ইবুংঙো শম্ভু মহাদেব

ইবুংঙো শম্ভু মহাদেব
লাইযাম খুদিংদগী অথোইবা
কোলোই মিংলেন্দি নীংথিবা
মহাদেব, শিব, মহেশ্বর।

ঙাওবে ঙাওনা অথোইবনি
মঙালগী মশক ওইবনি
তাইবংপানগী থৌবু ওইবনি
জগত গুরুনি নঙদি ইবুংঙো।

ব্রাংলবা চীংজাওদা লৈদুনা
মবোল অহুম্বু ঙাক্লিবনি
নগুণ লীশিং যাম্বনি
শম্ভু, হর হর, মহাদেব।

৬ ১২ ১৯৯১

# ঐগী ৱাখলগী হিদেন অমদা

ঐগী ৱাখলগী হিদেন অমদা
মনীং তম্না পাইরক্লম্বী চেক্লাদো
মায়কৈ খঙদা লম্মুক্লনা পাইখ্রমাল্লে
লাক্লে ঙসিদি মফমসিদা অমুক।

হংহৌদে চেক্লাগী মপাউসু ঐনা
তমহৌদে ইপাউসু মাগী মফমদা
পোইরৈ কৈদগীনো কোলোইনা করিনো
হৌজিক্তা খঙনিংলক্লে উখিদ্রবা মতমসিদা
থম্মোয়দা লাঙতক্লবা হেল্লক্লে অসুম।

চেক্লাগী শকফমদি কাউদরি ঙসিসু
থম্মোয়গী মরীসু মাঙদরি হৌজিকসু
মফম খঙদ লাপ্না পাইখ্রবসু
শকফমদুদি য়েকখরে ঐগী থম্মোয়দা
খোঞ্জেলদুসু কাউদরি ঐগী নাপ্লসিনা।

৬-১২-১৯৯১

# শেংলবা লমদম্নি ঐখোয়গী ইরম্নি

শেংলবা লমদম্নি ঐখোযগী ইর্বাম্নি
কাঞ্চী লৈকোল হৈবোক চীংশাং
কবি কযাগী শৈথাফম ওইবিবা
নুংশিবা কমলসু হৌখিবা(শাৎখিবা) লৈকোলনি।

মল্লবা কোনুং নিংথৌবেল কয়াগী
ঙসিদি হেন্না মযেক শেংলক্লে
কুইব কুইবগা অবীবা ইতিহাস
চন্দ্রনদি তুবেলনা তত্তনা চান্নগা।

উবীবৈ মাধবী শাৎখিবা লৈকোলনি
লৈমা কয়াগী শান্নফম ওইখিবনি
ফজববা লৈকোলনি তাঙলবা মফম্নি
অমত্তা ঙায়ববা স্বর্গনি ঐখোযগী।

৭ ১২ ১৯৯১

# থাশিগী মল্লবা অহিংনি

থাশিগী মল্লবা অহিংনি
মানা ইনাক্তগী চৎখিবা
খাম্বা য়াদ থম্মোয়দুনা
হন্না য়েংলম্বা তৌদনা।

খম্থৌদ্রবা ৱাখল অনীনা
শাউনখি নুমিত্তো থাজদনা
মরাল ইরাল পুথোক্তুনা
ঙাঙনখি শাউনখি চৈনখি
মরী লৈনদ্রবা অমগুম।

ৱাশক পরৈশিং কাউনখি
অদুঙৈ কায়ননুসি হায়নখিবদো
কায়নবগী পনখৈ য়ৌনখি
লাপ্লখি মল্লা অহিংদুদা
শাফৃ কল্লবা নোংলৈলক্তা।

৭-১২-১৯৯১

# ঙাইরি ঐনা নুংশি মপাউ

ঙাইবি ঐনা নুংশি মাপউ
অনৌবা চহীগী অনৌবা আশাগী
লাক্কদরা খন্না মাগী মপাউদো
খৌরাংলা ব্রাখলনা চোকথবা লৈতনা।

শীৎলিবা নুংশিৎ য়েল্লিবা লৈনম
নখোযনা পুরকউ নুংশিবা মপাউসু
কোকচগে থম্মোয়গী অব্রাবা পুম্বসে
হকচাংদা থব্রায়না লৈরিঙৈ মতমসিদা।

মতম কয়ানি ঙাইজবকপা ঐনা
চান্নবা মাগী চন্নবা যাব্রাদো
তাবগে ঙসিদি লীববো লাক্লো
কোবৌনা ময়ূম চঙদ্রিঙৈ মতমদা।

৭ ১২ ১৯৯১

## ঐগী নুংশিবা কায়নরে

ঐগী নুংশিবা কায়নরে
অহানবা নুংশিবা হৌরকপদা
থম্মোয় অনীগী মরক্তা
বিদায়না ময়ায়দা খারম্লেনে।

মীৎকূপ অমত্তা ফম্মিন্নদুনা
নুংশি ৱারী শান্নহৌদে
হায়হৌবা নংখিদে ইচালনসু
নুংশি হায়না মফমদুদা।

কূপখরে খঙহৌদ' থম্মোযনুংদা
মল্লবা লৈচিলগী কুযোম্না
নকশিন্নবা য়াদনবা পুন্সিসিদা
মীৱাগী লাংদা থুখিবনা।

৭-১২-১৯৯১

## ফজৈ হায়গে চান্নবী নঙবু

ফজৈ হায়গে চান্নবী নঙবু
নুংশিরুবনা থম্মোয় অসিনা
নঙতনা হেল্লি পৃম্নমক্কগী
লৈরোই চাংদম্লিংঙাই কনাসু।

ঐগী থম্মোয়গী মবেম্মনি
লৈমা কয়াদগী হেল্লিদো
নঙবু ঐনা পামজরুবনা
ফজরে নুংশিরে নঙতবু।

ফজবা কয়া লৈদুনসু কনাগী
থম্মোয় মানা পামদ্রবদি (খোয়দারুদ্রবদি)
কৈদৌরুনি ফজবা মাগী
অরেম্বনি পৃম্নমক ঐঙোন্দা।

থম্মোয় থম্মোয় চান্নববা
ব্লাখল পরীং মান্নরবা (তিন্নববা)
মদু নত্তরা নুংশিবা
থম্মোয় মানা পামজবদো।

৭-১২-১৯৯১

# নুমিৎ কয়ানি মৈচাক খাঙখিবা

নুমিৎ কয়ানি মৈচাক খাঙখিবা
পিরাং কংদনা লেনখিবা অহিং
খাঙঙমদ চাকখিবা থম্মোয়গী মৈচাকসু
খঙলম্লোই মাদি অৱাধসে ঐগী।

খল্লনু অমুক লম্লানবী মাবু
চৎখ্রবনি মাদি থাদোক্লুনা ঐবু
নুংশিবা খঙদবী শাদুনা পুন্সিগী
লম্মখাংদা য়াইফবা পুন্সি থেংনদুনা
পুন্সি লৈপুল শেমখ্রবনি মাদি।

কপ্লনু থম্মোয় কান্নদ নদোম
কাউথোকপা তম্লোনে চৎখ্রবী মাবু
তাঙলবা পুন্সিগী অরোনবা পিরাংসে
থমজিল্লো চেৎনা কনাসু খঙহন্দ
থম্মোয কনবা তম্লোনে নহাকসু।

৭ ১২ ১৯৯১

# কৈদৌঙৈ ফোঙদোক্কনি নুংশিবসে ঐগী

পাঃ কৈদৌঙৈ ফোঙদোক্কনি নুংশিবসে ঐগী
থম্মোযদা ফাওবিবা নঙবু নুংশিবগী।
পীঃ ফোঙলোনে চান্নবা নঙগী ৰাহৈশিং
তানিংবনা লাংতক্লবে ইখৌ লাংলা থম্মোযসে।

পাঃ কুমজা কযা কুইববনি অসুম্না নীংলকপা
নঙোন্দা কবম্না ফোঙসিগে যাবাসে।
পীঃ চিংনদনা তম্লো নঙগী ৰাবীশিংদো
পীবম্লগে নকাদা ঐগী লৈজবা।

পাঃ নুংশিবা ফোঙলুবগা কাযনগদ্রা খন্দুনা
অদুননি ঐনা নুংশি হেক্কা ফোঙদ্রিবা।
পীঃ চিংনবদি লৈখি ঐসু নঙগী নতৌদুদা
নুংশিবদো নঙগী ফোংঙমদা' লৈবিবা
কবিগী অদুক নঙ নথৌনা লৈত্রিবা
খঙইনে ঐহাকসু শেংনা খঙই - ।

পূন্নাঃ পুন্সিসিনা লৈবিঙৈ নঙগীনি নঙগীনি
হিংলিঙৈ তাইবংদা চান্নসিকো নঙ- ঐ।

৮-১২-১৯৯১

# মঙলানগী আশাদা পূক্লিংনা নীংলুরে

মঙলানগী আশাদা পূক্লিংনা নীংলুবে
নুংশি হাযকবে থম্মোয়সিনা নঙবু
কবম্না খল্লিবা নঙগী থম্মোযনদি
অবেম্বদা তাহন্নিংদে খঞ্জবিবা ৱাখলসে।

যৌবনগী অহানবা খঞ্জখিবা আশানি
কবিনো খঙজদ্রি নুংশিবসে ঐনা
থম্মোযদা ফাওবকপা ইহুলদুদা ঙাওকুবনি
লান্না খনবিনু নঙবু নুংশিজবসে।

থম্মোযগী চন্নবা পাউদম্নি তন্নিবা
নুংশিবী নঙগী নকাদা ফোঙলিবা
নহাক্কী ৱাখলদা লৈতাদবে ঐসে
নুংশি ঈবিক্তো ইখৌলাংলে ঐদি।

১১ ১ ১৯৯২

# মমিং তাবদদি ফজরমদৌ মাল্লি

মমিং তাবদদি ফজরমদৌ মাল্লি
মনাক নক্লগদি কুমলাই শারে
লাপ্লিঙৈদদি লাই ওইনা খল্লে
নকশিল্লগদি মী ওইনা ওল্লে।

থাজরুনু নখোয় মীগী মপাউ
চৎলগা য়েংথোকউ নমীংনা মাবু
মরমচৎ মওংদো করম তৌবনো
ফবরা ফত্তবরা হায়না কৃপ্পা।

ঐদি পেল্লেনে পূংপেন পেঞ্জরে
মাগী মওং মতৌ কয়াদো
অমগা অমুক, অমদা হুল্লি
হোংদোক-হোংঞ্জিল তৌবা মরমচত্তো।

১৬-১-১৯৯২

# পুন্সিনি তোববর্না অমগী

পুন্সিনি তোববর্না অমগী
মরোল থোক্তুবা মপোক্কি
তমথিববা ঈচেলগী ইরৈনা
খেংখাং কয়াদা লক্কবিরবা।

মীরাযবীখি ঈচেলদুদা নুংশিহৈত
কুমগী নোংজু খূদিংদা
মাবু শেন্নজবনি খণ্ডদবা মখৈ
কল্লবা ইব্রায ইনিলনা
মফম খূদিংদা চৈথেং পীদুনা।

চৎখি হন্না যেংলমদনা
চৈনা কয়া পীরম্লগা
থম্মোয়দা তেংথাদুনা য়েংজহৌবদু নত্তনা
কবিবু হাযকনি ঈচেলদুদা
লাইবক্তা তম্লম্বনি খন্না লৈহৌরেদো।

১৬-১ ১৯৯২

# ঐ-নঙদি ৱাংম-ৱাংমনি

ঐ-নঙদি ৱাংম-ৱাংমনি
কল্লবা তোরৈগী তোবর্বান্নি
থুংনৌ তমদ্রবা মপোকসিমগী
কায়নবনা ইশরুক ওইরবা।

মমাঙগী ৱারী কয়াদা
ইবান্নি কয়াদা নক্লরম্বা
ঙসিনা কবিগী লাপ্নবিবা
যৌবনগী পুন্সি মতমসিদা।

নোংমতং লাক্লবা ইনাকসিদা
লীজগে ৱাবী নফমদা
থুংনদ্রবসু নঙগা ঐনা
পেঞ্জহৌগে নঙনা লাক্লম্বগী।

২৩ ৫ ১৯৯২

# শঙ্কুগে ঙসিদি ঈশৈসে

শঙ্কুগে ঙসিদি ঈশৈসে
মতম কযা কাউরুববা
থম্মোয়গী অবোনবা ইপাউসে
তম্নদনা ঐগী ঈশৈনা।

ঙাঙনিংবা কযা ঙাঙনসনু
মীযাম্মা ঐবু ঙাওববনি
ঙাওবসু ঙাওবেনে ঐদি
নুংশিবা মহাক কাযনবদা।

হংখিবা রাহংগী পাউখুমসু
মাগী মচীলনা খুন্নমদ্রবদা
অবেম্মা তাহৌবে পুম্নমক
নুংশিকবসে মঙলান ওইহৌবে।

২৯ ৫ ১৯৯২

# ইঙা থাগী অয়ূক্তা হৌরক্লম্বা

ইঙা থাগী অয়ূক্তা হৌরক্লম্বা
চুরমদনা হনখিবা অমংবা নোংদো
হুমখিবনি মাবু কল্লবা মালংনা
য়ানিংদনা চৎখিবনি মাসু পিরোয়ননা।

চুথরগে খন্না লাক্লম্বনি মালেমসিদা
ঋানা খাঙলুরবা কালেনগী মৈশাদো
মূৎথৎকে খন্দুনা লাকখিবনি মহাক্লা
নোংদম্বনা ওন্ননা তম্লম্লে নুমিত্তো।

চুরখো নোংহৌ, পাইরক্লম্বা নোংহৌ
লাকখো হল্লকখো চুরখো মালেমসিদা
চোংহনলম্মু নঙনা অনৌবা য়েন্নীং
খৌগংলুরবা মালেমগী হৈপাল-লৈপালশিং।

৩০-৫-১৯৯২

# হে রাম তোল্লবগী মরুপও

হে রাম তোল্লবগী মরুপও
খুরুমজরি ননাইনা নখুয়াদা
চানবীয়ুনে চানবীহৈবা নহাক্লা
পাপ্পা থল্লবা ননাইবু।

তাজৈ ননাইনা নগুণবু
ঙাকপীহৈবা গুন্না লৈতেংবনি
চঙজববু চানবীবা নহাক্লি
ধর্ম্ম চেনবা নহাক্লি
ৱাশক চেৎপা নহাক্লি।

লৌবিয়নু লৎনদ কৎচরিবসে
লৈরাং লৈনা অসিদবু
করিসু লৈজদে ননাইদি
ভক্তি শাজোনসে নওনা
খায়বিনু নঙনা অচান-মীরায়।

৩০ ৫ -১৯৯২

# কায়নরবসু নঙগা ঐগা

কাযনববসু নঙগা ঐগা
নুংশিনখিবগী মর্মিদি তাবমখিনি
থম্মোযদা লোন্না যেক্কুনা
কনাসু খঙদ্রবা মফমদুদা।

নোংমা ঐনা লক্লবদা
শাউদি শাউনিং শাউঙমদনা
ইকায নুংশি যান্নদুনা
মাযথোঙ মকা লামশিন্নখিবা
খোইকুম মোমোন তৌখিবদো
নীংশিংলমখিনি নঙগী থম্মোযদুনা।

নঙগী ঐগী মবকসিদা
মশক উদ্রবা পল্লোন্না
উনবা যাদনবা খাগ্রবসু
পুন্সিগী পৃংজা খৃদিংদা
নঙবু কাউবদি লৈতেনে ঐসু
থম্মোযদা শঙখিবা মচুসে।

১ ৬ ১৯৯২

# ঐনা শক্লিবা অৱাবা ঈশৈসে

ঐনা শক্লিবা অৱাবা ঈশৈসে
তারগা নঙনা কপকনু চান্নবী
ৱাদে ঐদি কনাগী ৱাখলদসু
পূক্লিংগী ঈথিলদা শকখিবনি ঈশৈসে।

পুন্সিনি ঐগী শৈহেক্লা থল্লবা
নাকেনথা লোইরগা য়েন্নীং চোংবগুম
নহাক কায়নরবা মতৃং অসিদা
থম্মোয়দা ফাওরকখি ঈশৈগী শুর।

খাঙলম্মী মৈচাক মতম অমদি
নঙগী ৱাখলদা অহিং-নুংথিল
অদুবু কাউরগে ঙসিদি পূম্নমক
নঙগী পুন্সিনা য়াইফবা ওইরদি।

১-৬-১৯৯২

# চৎলবরা নঙবু চান্নবী

চৎলববা নঙবু চান্নবী
নুংশি ৱাবী হৌবন্নগা
ৱাবীদো মখা লীবখোনে
থাবল ফববা অহিংসিদা।

নঙগী নুংশিববা খোঞ্জেলনা
থম্মোযসে মীৎকপ থোকহনলম্বনি
লম্মুক্লববা খোঙথাং খূদিংদা
লাক্লুনা নঙনা ইনাকসিদা
পুন্সিসে ইনোৎ হাপ্লম্বনি।

নোংদম্বগী কবম্বা নোংদম্মা
নঙনা ইনাক্কগী লাপথোকখ্রিবা
হান্নগুম ইনাক্কা ফন্নদুনা
হবাও মীনোক তন্নদুনা
নুংশি ৱাবীদো লীবখোনে।

৩ ৬ ১৯৯২

# বসন্ত ঋতুসে লাক্লবদা

বসন্ত ঋতুসে লাক্লবদা
নঙগী থম্মোয়না ওন্দবদি
লেঙদ্রবা নুংগী মতৌগুম
কনমল্লিকো নুজাগী থম্মোয়দো।

তাইবংদা লৈরিবা পুম্নমকসে
ঙাওনবনি বসন্ত মতমসে
শাবী-শানৌসু, উচেক-বায়াসু
লাঙতক্লবনি থম্মোয়নুংদা মহৌশানা।

ঐগী থম্মোয় লকানুংসু
ইথক হৌরে লৈতাদরে
নুংশিবা হায়না হায়রোগবা
থম্মোয়সে পুন্সিগী পেঞ্জরগে।

৩-৬-১৯৯২

# লৈতরে, লেমদরে, ফংদরে

লৈতবে, লেমদবে, ফংদবে
লোইনা লৈখবে, লোইনা মখোযগী
অমমম অমমম মাগী মাগী
ফজবী, অথাবী অমত্তা লেমদবে
হৌজিক কালগী নুজাশিংসে।

মরু কোকপী, মশম তেনবী
হো নৃপা মানবী "ইচন নৃপা"
নঙসু লৈববব নখোয কৈনোদো
লৈবমদৌ মাল্লি নঙগীসু অমা
মশম শাংবা "তাইবেম্মা" অমা
লৈত্রো ও আ হা ।

ইযাদা যাইজনে ঐগীনিবু হাযবদি
অমতাদি থুংবিযুবা "হে ঈশ্বর"
কাবনো খঙদ্রে হাঙবা তাবদবা'
খল্লুবদ' মাথাসে শাবে
কোক্তা ঈশিং থোম্লে
লোক্তা মথুংই মাথাদি ইঙদে
সিনু কবি মতৌনো মতৌনো"।

২৪ ৬ ১৯৯২

# য়াওখি ঐসু মীয়ামদুগী মরক্তুদা

যাওখি ঐসু মীযামদুগী মবক্তুদা
নুমিত্তুগী নঙগী ঈশৈগী মযেকশিংদো
তাখি চোকথদ চিদাইদা ফমদুনা
থম্মোযদা মৈচাক কযা খাঙদুনা।

যেংজখি নঙবু তূমিন্না খঙহন্দা
কাযনববা মতূং ওইখিবা মবম্মা
নমাঙদা থোকশি থোকঙমদা লেনখি
ইকায নুংশি যান্নখি নুমিত্তো।

কাযনত্থবসু নঙগা ঐগা পুন্সিসিগী
থম্মোযগী থূপ্পবা মবীদি লৈহৌবি
লান্না খর্নখিবা ব্রাখল অদুবুদি
চমথোক্লবা পাম্লি ঐনা হৌজিকসু।

২৫ ৬ ১৯৯২

# হোংদ্রিবরা শকফম কায়দ্রিবরা ফিভম

হোংদ্রিবরা শকফম কায়দ্রিবরা ফিভম
নীংথিরবী ঐগী বীণাগী সুরদো
মরুপ নঙনা ইফমদগী পুখিবদৈ
কুইরবা মতমসে ঙসি ফাওবদা।

থম্বিয়ু ননাক্তা নুংঙাইনা মাবু
পামজবনি মাদি নুংঙাইবা পুক্নি
লকুবিনু নহাক্লা নুংশি হৈতনা
শকফম ওনখিনি সুর কায়খিনি
শাউবা হৈত্রবা মাগী পূকচেলনি।

করিগুম্বদা থৌওইবিদ্রবা মাবু নঙনা
থমজগে ঐনা ইনাক্তা অমুক
মাগী খোয়থুম্লা সুর কয়াদো
ঝাববা ঝাখলসে পোত্থাবা ওইজগে
থেমজিনবদা হৈবীনি মাদি পূক্লিংবু।

৬-৭ ১৯৯২

# মেঙলা থাজ মঙালনা

মেঙলা থাজ মঙালনা
থম্মোয় ইঙনি খন্দুনা
থাবল ইপোম লাংলুবদি
ব্লাখল অসে লম্মুক্লরে।

থাজ মপাউসু হংহৌদে
করি পেন্দবা লৈবনো
চম্লবা ঐবু থাদোক্লম
মম্লা লৈচিল মরুমদা
মদোম তৃমিন লোৎখিবদি।

ঙসি থেঙলা অহিংসিদা
মৈচাক পীরম থম্মোয়দা
ইদোম তরক থম্লম্বা
থাজ কবি মতৌনো
থম্মোয় পান্দে তাকপরা।

৬-৭ ১৯৯২

# পিরাংনা চোৎলবা মায়থোঙদা

পিরাংনা চোৎলবা মাযথোঙদা
নুংশি মমি তাহৌই
বিদাযগী ঝাহৈ তাবদা
মাযথোঙদো লৈমাযদা লুকখহৌই।

শল্লাং চোইনা তাহৌই
ঐবু চিংনা যেংহৌই
হাযঙমদা লৈহৌই নীংঙমদনা
তৃমিন্না শোলহৌই নুংশিবা।

পীঙমদা বিদায পীবল্লে
থাংঙমদনা ইখোঙসে থাংলক্লে
নুংশিবী মাগী মফমদগী
থম্মোযদা মৈচাকসে পবদুনা।

১৪ ৭ ১৯৯২

# নুংশি মকাদা মীৎতাঙলবা ঐনি

নুংশি মকাদা মীৎতাঙলবা ঐনি
কবি কান্ননি নুংশি মচু খল্লুবগী
নুংশিদ্রী মহাক্তো ওইনাংবা ওইজসনু
মাগী থম্মোযদুত্তা লেঙদনা লৈরবদি।

খঙদে ঐদি মায়থোঙগী মচুদো
নুংশিবনা হাল্লুরে থাম্মোযনা মাবু
থদংপা ঙমদরে নুংশি থৌরীসে
থম্মোয অনীগী চেৎলবা মরীসে।

অংকপা লম্বীনি ভর্মাথবা মাযানি
খঙনা খঙনা খঙদবা ওইহল্লে
উন উনা মীৎপু তাঙহল্লে
ফজবসু পাম্নদে, অহেনবসু য়েংনিংলুদে।

১৪ ৭ ১৯৯২

# কায়নশ্রবী নঙবু কাউরগে খল্লুবা

কায়নশ্রবী নঙবু কাউরগে খল্লুবা
অদুবু য়াদে নঙগী খূদোলপোৎসিনা
মখোল থোক্তনা মরোল লোল্লিয়ে
থদৎপিনু হায়না নুংশি ইচেলসে।

নঙনা খূদোলসে পীরম্বা নুমিৎতুদগী
থব্রায়নি খন্না থমজরকপনি ঐনা
মীমাঙদা লেন্ননা হাইনা হুমজনা
নঙমক্লি হায়না চেকশিন্না লাংচবনি
ব্রাহং ওইহৌরনি মসিনা ঙসিদি।

যাইফবী ওইবনিনা নঙগী পুন্সিদি
কাউবল্লনি মতমদুগী ব্রারী কয়াদো
ঐদি কপ্লিয়ে নঙবু নীংশিংলগা
থম্মোয়সে ইদোম নিন্দা তৌদুনা
উকবা মীৎকূপ্তা খুদোল কয়াসে।

১৪ ৭ ১৯৯২

# কায়নবগী ব্রাখল খলহৌদনা

কায়নবগী ব্রাখল খলহৌদনা
নঙবু কবিগী নুংশিরুবা
কায়নববা মতমসিদা ঙসিদি
হংলক্লে ব্রাহং থম্মোয়সিদা।

নোংদোন্দা পাইবা লৈচিলগুম
ব্রাখল অসে কঙাওনবে
নুংশিগী ঈযাইদা লম্মুক্লুরে
ধ্রুবতাবা ওইরম্বী নঙনা মাঙখ্রবদা।

পঙলবা ঐগী ব্রাখলসিনা
তর্মথিবী থম্মোযদুবু খঙলম্লবা
নুংশি হায়না ফোঙজবগ্লোই
কাযনবৈ চৈনাসু ফংলম্লোইনে।

১৫-৭ ১৯৯২

# ঐদি হায়রোই নঙোন্দা

ঐদি হায়রোই নঙোন্দা
নুংশি হায়না ফোঙদোল্লরোই
খঞ্জগে নঙগী ফনবতা
মদুনা ওইজগে নুংশিবসে।

মীবাইববসু নঙনা ঐবু
নুংঙাইবতা ওইযুকো নহাক্তি
মতম খুদিংদা থৌনিজগে
ঈশ্বর মাগী মফমদা
নঙগী যাইফবা ওইননবা।

পেঞ্জহৌগেনে ঐগী পুন্সিসে
নঙনা ননীং তমখিবদুনা
কাবসু অযেৎপা লৈহল্লোই
নঙগী পুন্সিগী লম্বীদা
অহোইনদুম নতেং পাংজগে।

১৫ ৭ ১৯৯২

# নুংশি মীনোক তন্নবী

নুংশি মীনোক তন্নবী
মোমোন নোকপী চীনবালদো
উখিদবে অমুক হন্না
তাখিদবে মাগী খোঞ্জেল।

যাওখি ঐগী থম্মোয়সিসু
মাগী মীনোক খুদিংদা
ব্রাখলসু জগোয় শাহনখি
নীংখিবী খোঞ্জেলগী খোম্বাংলক্তা।

হংলি ব্রাতং লেপ্তুনা
মবোল খোক্ত থম্মোয়াসিনা
লমদম কৈদবু চৎখ্রবা
থম্মোয়গী নুংশবী মচাক্তো।

১৭ ৭ ১৯৯২

# থম্মোয় খঙদ্রিবী লৈরাংগী

থম্মোয় খঙদ্রিবী লৈবাংগী
লৈখোং শোম্না মিপাইজৈ
লৈকোলগী মালি ওইজবসু
লৈবাংগী থম্মোয় পাল্লমদ্রদি।

মাগী থম্মোয অদুনা
খঙবিববা ঐগী থম্মোয়
কল্লা কোবৌ মৈশাদগী
লৈবাং মাবু কঞ্জগে
ইঙলবা উনলেন মবক্তা
লৈবাং মাবু শেন্নজগে।

লৈনম চাউবী মহাকপু
থম্মোযনা নুংশিনা যোক্লুবগা
লৈশাৎ মপূং ফাবগা
থম্মোযবু হূদুনা চৎপ্লবদি
মালি ঐদি কমদৌনি
থম্মোয কাযদুনা লৈহৌনি।

১৭ ৭ ১৯৯২

## গুলাবপু পামদুনা হেক্কে খল্লুবা

গুলাবপু পামদুনা হেক্কে খল্লুবা
চৈনা ফংহৌরে তিংথোক্লুবা ইখূৎসে
থোৎলবা লৈনালক্তা তিংখং পাল্লম্লে।

থাজরুদে ঐদি অসুম্না থোক্কনি
লৈনা মরক্তুদা তিংখং লোৎলম্নি
লৈরাংতবু হেকচনিং খম্মুবা তৌদনা
চঙলুবনি মাগী মনাক্তা ঐনা।

হে লৌনম্বী হে গুলাবও
করিগী লোৎপনো থম্মোয়দা তিংখং
নহৌশারা নঙগী অদুগুম্বা লীচৎতো
করম্বা তমথিবা থম্মোয়নো মদুবু।

১৮-৭-১৯৯২

# হরে কৃষ্ণ শোল্লু পূক্লিং

হবে কৃষ্ণ শোল্লু পূক্লিং
হবে বাম শোল্লু বাম
হবে কৃষ্ণ হবে কৃষ্ণ
কৃষ্ণ কৃষ্ণ হবে হবে
হবে বাম হবে বাম
বাম বাম হবে হবে।

কাউগনু মীওইবা মতম খূদিং
হবে মাগী মিংলেনবু নওনা
শোল্লু তওনা হবি মিংলেনবু
লানবিগনি মানা মাযাগী ঈপাকসে।

চৎলু লক্ষ্মী অচুম্বা লক্ষ্মী
থিযু হংউ অঙানবা লক্ষ্মীদো
থাদোকউ ফত্তবা চৎলুবা লক্ষ্মীদো
হাযজৌ চঙজৌনে হবি মঙোন্দা।

২৬ ৮ ১৯৯২

# হে গিরি ধারি হে গোপাল

হে গিরি ধারি হে গোপাল
যশোদা থব্রায়গী মপারী মণিও
খুরুমজরি নঙবু তোল্লবী ননাইনা।

মরুপ্লি নঙদি তোল্লবশিংগী
গোবর্বধণ চীংবু থাঙ্গৎপিদুনা
গোপা-গোপী কনবিখিবা
তাজৈ ননাই তোল্লবীনা
কনবিয়ু ননাইবুসু ইবুংঙো নহাক্লা।

মীওইবা মপোক্তা শায়োনবিদুনা
তমথিবা কংশবু লানবিখিবা
পাণ্ডবকী মরুপ ওইবিদুনা
কৌববপু তুম্না মাঙহনখিবা
ঙক্লবা নঙগী মায়াগী লীলানি।

২৬ - ৮ - ১৯৯২

# কৃষ্ণগী প্রেমদা ঙাওরবী রাধা

কৃষ্ণগী প্রেমদা ঙাওরবী রাধা
যমুনা ঈথক উরগা তোয়না
ব্রাজৈ রাধাগী থম্মোয়না হেন্না।

তাবগা নীংথিবা বাঁশী সুর
মৈচাক খাঙজৈ যমুনা মপান্দা
কোযচেন চেন্না লৈঙোই মথক্তা
কোযঙাও ঙাওনা ওন্না থোইনা।

মপৃক্লিংদা ব্রারৌজৈ জগতকী মপুবু
লৌনম চাউবনি মীনুংশি য়াওদবনি
শির্বাসরা খল্লি যমুনাদা চোংথদুনা
রাধা থম্মোয অপঙবী ওইবনা।

২৬ ৮ ১৯৯২

# পোক্লরে ঙসি কৈশুমশঙদা

পোক্লরে ঙসি কৈশুমশঙদা
ভক্তগী মরুপ শ্রীকৃষ্ণ
ঝাজৈ দেবকী বাসুদেব
হাংখিনি হায়দুনা মচাবু কংশনা।

হরিগী ঙক্লবা মায়ানি
কল্লবা য়োংহৈং থদক্তুনা
তমথিবা মফমশিং লান্দুনা
মচাবু যমুনা ঋাংমদা থৈখরে।

চাউবক্লে কৃষ্ণ ব্রজধামদা
থরায ওইদুনা নন্দ যসোদাগী
হল্লক্তুনা অমুক মথুরাদা
পাপ্পী কংশবু লানবিববে।

২৬- ৮ ১৯৯২

# লাক্লে ঙসি নুমিত্তো

লাক্লে ঙসি নুমিত্তো
অথৌবা ফাসি তৌখিবদো
আগম্বকী তবান্থমদোই হায়বদো।

হাংখি তমথিবা মীহাত্তা
ঙমই হায়বগী মতাংগুম
থৌবী কোঙ্গোয় হূক্লদুনা
ফাঁসি শগাই মথক্লুদা।

কাউববোই নুমিৎ থানা লৈবিঙৈ
ঐখোয়না হৌখ্রবা থৌদোক্তো
হৈকৎ লৈকৎ তমজদুনা
নীংশিংলনি নুমিৎসে অথৌবশিংবু।

২৭ ৮ ১৯৯২

# লাক্লো ইরমদম পৃম্বগী মচাশিং

লাক্লো ইরমদম পৃম্বগী মচাশিং
কবিগী নীংঙাইদা তৃমিন্না লৈথোক্লি
খেঙলে মতমসে পৃনশিল্লসি ঐখোয়
করিগী কাউবনো অমত্তনি হায়বসে।

খিরগুর্মসি ঐখোয জাতি-বিজাতি
হৌফমসু অমত্তনি শাৎফমসু অমত্তনি
কনানা হিন্দুনো কনানা মুশলিমনো
চাংমী-তম্মী ওইনিংবা ওইববসু
অমত্তনি কাউবনু মীওইবগী মপোক্লি।

চঙশিনসি মাঙদা থিসি খঙদবা
অমনা অমবু মতেং পাংনসি
চাওখৎপা হাযবদো পুবকসি পৃম্না
লেপ্পুনা লৈবগা মৃক্লুদুনা হৌখ্রগা
কবম্না ঐখোযনা চাওখৎপা ওইগনি।

২৫ ৮ ১৯৯২

# নীংশিংলিবরা নঙবু চান্নবীও

নীংশিংলিববা নঙবু চান্নবীও
অদৃঙৈগী হৌখ্রবা থৌদোকশিংদো
খঙনবকপা লোযনবকপগী থ্বাবীশিংদো।

থশ্মোযদাদ লৈহৌবি কাউঙমদা
হৌখ্রবসু মতম্মা লেপ্তুনা
নঙদি কাউববা থৌদোকশিংদো
যাইফবা মকাদা লৈখ্রবনিনা।

মংলান্নি খন্দুনা লেল্লববা
নঙগী ঐগী থ্বাবীশিংদো
নীংশিংউকো নহাক্লা নোংমতংদি
অশংবা তাঞ্জা যেংদুনা।

১ ৯ ১৯৯২

# খোংজোম নুমিৎনি ঙসিসে

খোংজোম নুমিৎনি ঙসিসে
অথৌবশিংনা য়াতাখিবা নুমিৎ
লায়রবী ইমাগী মপারীশিং
থরায়না পোম্থা ওইখিবনি।

খেবা চীংগী নাপোমদা
ইমাগী নীংতম্বা ঙাক্লনবা
কল্লবা লানফম মায়যোক্লখিবনি
ঈঙাঙ পাক্তক্লা ইমু পাম্ফেন্নখিবনি।

মীৎলুগী পিবাংনা চাম্লুসি
কৎলুসি লৈবাং খূজোকশিং
লাইওইখ্রবা ইপা ইপুশিংগী
শেংলবা মোংফমগী লৈমায়সিদা।

১৩ ৯ ১৯৯২

# খুরুমজৈ মণিপুর ইমাও

খুরুমজৈ মণিপুর ইমাও
পঙ্গলবা নচা ঐখোযনা
লৈবাং খুজোক কৎচবসে
লৎনদা লৌবিযু নহাক্লা।

ইমানা নঙদি ঐখোযগী
অমৃত খোল্লাং ইল্লিবীনি
ধর্মগী হৌফমসু নহাক্লি
লাংথবা জ্ঞান্না লৈতেংবীনি
শান্তিগী পাউজেল যেল্লিবীনি।

শ্রী গোবিন্দবু নিরূপণ তৌখিবা
লমদম্লি নঙসে শেংলবা
কোথক্তা কৌব্রুনা লৈতেংবীনি
খুযাবু তুবেলশিংনা চাম্লিবীনি
শঙাই, শিবোইবু নাউকোনবীনি নঙদি।

১৩ ৯ ১৯৯২

# খোংলো বাঁশী নীংথিবা সুরদা

খোংলো বাঁশী নীংথিবা সুবদা
কুচু মুবা নন্দগী মচাও
চৎখিনু নঙনা ব্রজ থাদোক্তুনা
হে শ্যাম - হে মুবাবি ।

কবম্না লৈহৌনি গোপ-গোপীশিং
ষণবী ষণনাউসু মফম খঙলবোই
যমুনা তুবেলসু ইচেল কাযবনি
বাধাগী থম্মোযসু মচেৎ তাববনি।

তেকখৎহল্লো বাঁশী খোঞ্জেলদা
হৈপাল লৈপাল উপাল-ব্রাপাল
বাহোং লাবা অমোমসু জগোয শাহল্লো
নঙনা অসুম বৃন্দাবন্দা লৈদুনা।

২৪ ৯ ১৯৯২

# করিগী লাক্লি হে-বসন্ত নঙনা

কবিগী লাক্লি হে বসন্ত নঙনা
নাকেন্থা ওইববা পুন্সিসিদা
পঙলবা থম্মোযসে ব্রাহনখিগেবা?
পিবাংসু অমুক তাহনখিগেবা?

কাউরুববা ব্রাবী অদুগৈগী
পুবল্লগনি নঙনা অমুক হন্না
পীববনি চৈনাসু থম্মোর্যাসিদা
নুংাশ লাইমল ওইহল্লবনি।

যেংখিগেবা মীৎলুগী পিবাংসে
পেন্দ্রিববা নঙগী থম্মোযদুনা
চৎখবো ইফমদগী লাপ্না
পীবমগদবা মৈচাক্তো কিজৈনে।

১৯ ২ ১৯৯৩

# ঐগী আশাগী হিদেন অমদা

ঐগী আশাগী হিদেন অমদা
লাক্লমই নঙনা হিনাউ ওইদুনা
লান্থোক্কে খল্লুই পঙলা রাখলনা
নুংশিগী পাক্লবা ঈপাকসে নঙগা।

ওইবল্লে নঙদি মায়াগী হিনাউ
পুবিরগা ঐবু ঈযাই তান্না
মফম খঙদা লমখাঙদা মাঙখবে
লমজিংবিগনি খল্লুবা পুন্সি খোঙচত্তা
হেন্নদুম হাপ্পল্লে চৈনা কয়া।

নঙনা থম্মোয় পাল্লমবা তাববা
ঐনা ঙসি খাঙলিবা মৈচাকসে
খবদা ওইববসু খঙলকখিনি নোংমদি
লেম্মদি মাঙলোই থম্মোযগী মরীসে
ঐনা তশেংনা নুংশিজবা ওইরদি।

১৩-৫-১৯৯৩

# ঝারবা পুন্সিগী তাংকক অমদা

ঝাববা পুন্সিগী তাংকক অমদা
লমজিংবিবন্বা নঙবু কাউররোই পুন্সিগী
কনা লৈত্রবা মতমদুদা ঐগী
নঙনা ওইবিখি পুন্সিগী হিনাউ।

ওইরম্লোই ঐহাকসে ঙসিগী অসুম্না
নঙনা ঐবু মায়কৈ তাকপিবমদ্রবা
কাউবদি ঙম্লোই ঐনা মপোকসিগী
লমজিং মৈরা চৃখৎপিবন্বা নঙবু।

হন্দক্কী মপোক্তা শিংলমদ্রসু লমলসে
লান্না লৌগনুকো নহাক্না ঐবুদি
কল্লবা ঝাশক্না পুনখিবা মপোকসে
ইখোঙ অসে থাংদোকপা ঙমদবে।

৮ ৮-১৯৯৩

# লৈশাং তমদৌবা কিজৈনে

লৈশাং তমদৌবা কিজৈনে
তাইবং মায়াগী লৈকোলসিদা
পোমজরিবী লৈরাংনি ঐদি
তাইবং শহুম ফংদ্রিবী।

কুমগী নোংজু অকনবনা
লৈরাং লৈকা কেনখিবদো পামজদে
মালং শহুম অঙাওবনা হুম্বদা
লৈনা চোইনা তাখিবসু পামজদে।

নীংথমগী উনলেনসু কিজৈ
কালেন নুংশাসু কনমল্লি
তাইবং মীনোকসু হৈনরোই
পোমদুনা অদুম লৈজখিগে।

১৫-৯-২০০৫

# হো ৱাশী লৈবী পোজকসু তারিবীও

পাঃ হো বাশী লৈবী পোজকসু তাবিবীও
ৱা' অমত্রা হাযজগে যাগদবা?
পীঃ কবি ৱানো যানি যানি
নচলদা হেক্তা হাযবিয়ু তাদা।

পাঃ অদুবুবো শাউদি শাউনুকো নঙনা
কবিসু লৈবা ৱাবুদি নত্তেদা
পীঃ অদুদি হাযবোদনা খবা থুনা
মতমসে সুম আ যৌখ্রনি
পাঃ হাযবগে তাবো কবিসু নত্তেদা
নঙনবু যাগে হাযবর্বদি লাযখ্রবজার্থনি
পীঃ কবি বানো মদুদি লাযবমদৌমান্দে
ৱাঙাঙদো কবিনো অমা তৌইনে।

পাঃ নত্তে নত্তে লান্না লৌখিনু
ইকাযদুনা হাযবসে হেক্তা ঙমদবনি
পীঃ তাদগীসি ঐঙোন্দা লক্লবগী বাবা
থেঙলে মতমসে নতাৎ তৌবনু
পাঃ ফবে অদুদি তুমিন্না হাযগেকো
নঙবু ঐনা পামজকবৈ ৱানি
থম্মোর্যসিনা নঙতবু নুংশিবকবৈ বানিদা
পীঃ ৱা ৱা ঙম্মিহে -ৱা ঙকচবেদা।

২৯ ৯ ২০০৫

# য়েংনবদি কুইরে মাগা

যেংনবদি কুইবে মাগা
খঙনখিবসু কুইবে থম্মোযনদি
ৱাহং কয়া হংনখিনে
থম্মোযদুগা থম্মোযসিগা
পাউখুম কযাসু পীবকখি
মাগী থম্মোযনসু।

ফোঙদোকপা ঙমদ্রবা ইচিলনা
নুংশি হাযনা নফমদা
ফোঙদোকপদি ঙমজদে
পামজৈ হাযনা নফমদা
হাযজবসু ঙমজদে
ইকায়থিবী ওইবনা
নিঙোলগী ৱাখলসে ফোংঙমদে।

লোখ্খোক্তা অমগুম্মা ঐনা
চান্নবা মানা ইমাঙদা লাক্লসু
নুংশিবা মানা ইনাক্তা লেপ্লফাও
থম্মোযদা মৈচাক ফুমদুনা
মথঙগী নুমিৎতা মানা (লাকপা)
লাকপা ঙাইদুনা লম্বীসিদা।

২৯ ৯ ২০০৫

# থম্মোয় হূবা হৈমল্লি মীনোক্তো

থম্মোয় হূবা হৈমল্লি মীনোক্তো
ৱাখল ইবাং হৌহল্লি মীৎযেংদুসু
নঙগী মীৎযেংদুনা চমজববা ঐসে
মতম খূদিংদা লৈতাফম খঙহনদ্রে।

মাযাগী শক্লোন পুৰী হাযদুবা
তশেংনা লাইবেম্বী হাযদুবা নঙবু
নঙবু উকবা মীৎকৃপ্তা ঐসে
নতৌদুনা ৱাখল পুক্লিংসে চিংশিনখবে
ঙাওববা হাযনবে মীযাম্না ঐবু।

চৎলে চৎনা চাবে চানা
নঙগী মীযেং নঙগী মীনোক্তো
উদুনতা লৈবেনে মীৎসিদা তোয়না
মোমোন-মোমোনসু ইতোমতা নোক্লুবে
নঙগী নতৌদো নীংশিংলুবা মীৎকৃপ্তা।

৪-১০-২০০৫

# মেরা থা হো মেরা থা

মেরা থা হো মেরা থা
নঙতবু ঙাইরি মীয়াম্মা
নবূক তপ্পী থাজনি
নঙাল মেঙবী থাবলনি।

নঙনা লাকপদা পুরকউ
মচু কয়াগী সনারৈ
চিনবিয়ু নিঙোলগী নাপ্পদা
নিঙোল চাক্কৌবা চৎপদা
নীংথিববী নখূৎনা নুংশিনা।

লৈনম চাউবী থাবল্লে
পূক্লিং হূবী মালিকাসু
তূমিন্না লৈয়ু য়াররোই
নঙগী থাবল মঙালদা
হূবনি থম্মোয়সু শাবী-শানৌগী।

৫ ১০ ২০০৫

# থাজদনা থেংনখি নঙ-ঐ

থাজদনা থেংনখি নঙ ঐ
মেরা থাশীগী নুমিদাংদুদা
দীপানিতাগী মৈরী মঙাল্লক্তা
লম্বীদুগী মীয়াম মরক্তুদা।

ৱাহৈ অমত্তসু হায়নহৌখিদে
ঙকচানবা মীৎয়েংনা য়েংনখিবদনি
থম্মোয়সে নঙবু থেংনরুবদৈ
নুমিত্তো কয়াদা নুংওনজখিবা
নঙসু ফাওবরা অসুম্না থম্মোয়দুদা।

থেংনরুবদুনা উনরুবদুনা নুমিৎতুদা
কাইথৌরম্লে নৌহৌনা নীংশিংহন্দুনা
নঙগী ঐগী ৱারীশিংদো
পন্থুংফম য়ৌখিদ্রবা খোঙচত্তুগী
চাক্ল চাক্লা লাপ্পখিবদো।

৫ ১০ ২০০৫

# খঙননিংই হে ফজবী নঙবু

খঙননিংই হে ফজবী নঙবু
চান্ননিংই হে বাশী নৈবীও
কুচুগসু পান্না লমযৌবী
শম্লাংসু চোইজাইনা ভাবিবী।

উকবে নঙবু ঐহাক্লা
পাম্লুবে নঙবু থম্মোয়না
ঙাওবে ঐদি নঙোন্দা
ননা ক্লা অসুম লৈনিংলেনে
পুম্নগী খোঙলোয ওইনিংলে।

খঙদে মসিবু কবিনো
লৈতাফম খঙদবে পৃক্লিংসে
অতোপ্পা কনাগী ওইহন্নিংদে
ঐতগীদা ওইজনিংই নহাকসে
নতৃংদা কোযইন ইন্ননিংই।

৬-১০ ২০০৫

# হৈ- - তকএ তকএ- - অস- - শিরম্নিদা

পূন্নাঃ হৈ- তকএ তকএ অস শিবম্নিদা

প'ঃ হে লৈশাবী মাযথকপী
গাউীবু অদুম্ন থৌববা
অসূক চাউনা চৎলিবসে
নমীৎ উদথ হাযযু ।

পীঃ কবিগী উদান ঐসু
মীনা হোবোন খোংলবদি
খাত্তা হন্দোকপদি হৈতবা
ফন্দুনা অদুম চৎলিদো ।

প. হা কবি হাযনা
নখোযনা কদাযদা খোংখ্রিবা
তবু তাদেনে ঐদি (ইনাসে)
তাৎ হৈদকো নখোযসে ।

পীঃ তানিংদে ইবুংঙো তানিংদে
নঙনা ননা পঙজবগা
ঐখোযদা লানবা তাহনগেবা
লম্বীদো হৈনা চৎলুনে ।

পাঃ ভাইখো ভাইখো নখোযর্ণাসি
ঐবু না পঙনা কায়দি
গাডী মচা তোংলেকাইনা
মী উৎশিত্তা শাবিবো ।

পীঃ মী উৎশিত্রবা নৎচদে
রাগী রাবু ভাযবনি ।

পাঃ হৈখ্রেদা চুপ্নেহে নখোযনা
আইন খঙখ্রেদা ইবেন্মা
কনাগী মচা মশুনো
খুম্বর ওম্থোক্লা হৈখ্রেনে।
পীঃ পাউখুম হৈবা নৎচদে
অচুম অবান্দুগী য়ানিদা
চুম্ব চুমদবা হার্যবিসে।

পাঃ কনি নৈশাবীনো খঙদেনে
মীনা হাযবগা পংখুমদা খুম্মী
ইকাযবা লাইমা খঙদেহে
নযূম পানবা খওজবোই।
পীঃ নঙনা কযাম হেন্দুনা
ঐখোযবু অদুম্না হাযবিনো
পাখঙনে কাযনা পক্তবে
লম্বী চৎপসু হৈতবা
নখোঙ-নখূৎ তেকহৌদবদো
নবাযবক ফববর্নি খল্লুনে।

৬-১০-২০০৫

# মণি মিংথোল ফংলিবী

মণি মিংথোল ফংলিবী
মণিগী লৈবাক মণিপুর
ফজৈদকো ইমা নঙসে
পূক্লিং হূনা নীংথিদা।

চীংলোন কয়ানা খূৎশম্নদুনা
ইমা নঙবু ঙাক্লিনে
অশংবা লৌবুক কযানা
নঙগী ফজবা গম্প্লিনে
চেক্লাশিংনা শৈথাবি ফজবসে
শঙাইনা জগোয শাবি নতম্বাক্লা।

নঙগী ফজবা উবদা
কল্লক্লবি তাইবং পূম্বনা
এইং অশা চাংপুবী
শেংলবা মহৌশাগী শক্তম্মি
লৈবোই মফম কৈদ্সু
নঙগুম্বী ইমাদি থিববসু ফংলোইনে।

৮ ১০ ২০০৫

# লাংবন থানা লাকপদা

লাংবন থানা লাকপদা
লাইওইখ্রবা ইপা ইপুশিংনা(থব্রায়শিংনা)
লৌবা লাক্লিনি তর্পণ
মচা-মশু ওইবা মফমদগী।

কুমওন অমদগী কুমওন অমফাও
চাদ-থক্তনা লেঞ্জরকপা
কৎলকখিনি খন্না মচা-মশুশিংনা
হৈরুক-পানা, চেঙ-থোইদিং
ঙাইরমখিনি লাইওইখ্রবা থব্রায়শিংনা।

কৎলিবা পোৎলম নীংথিবা
হৈরাং-লৈরাং ফজরবা
লাইরৈবাক্তে কুপ্লক্লুনা
হরাও-য়াকা তমদুনা
লৌবিরনি হৈরাং লৈরাংশিংসে।

১১-১০ ২০০৫

# পোয়নু থাবু ঙাইজবা

পোযনু থাবু ঙাইজবা
লৌবাং শুবা লৌমীশিং
হবাওজবে পৃক্লিং হকচাং
লৌবোক পান্থানা লাকপদা।

থাবুম কযা রাজকবা
খাবি লৌবুক লমহাংদা
কল্লবা (কুমগী) নোংজু মাযযোক্লনা
লৈখোম-লৈনাং নাচুংদা
অব-তিতি লাউখিবদো
মহৈ চূম্না পাল্লক্লে
ফৌনা ফৌবোল শাবক্লে।

নোকচবে যুমগী মবেম্মা
হবাও যাকা তমদুনা
পোযনু থানা লাকপদা
ফৌগৈ চোন্না হাপ্লনি
অবা পূম্বা কাউবনি
ইওনা চীক্লা পাল্লবনি
খুযা তুশিংনা হিংলনি।

১১ ১০-২০০৫

# ঙসি খোংজোম তুরেলসে

ঙসি খোংজোম তুবেলসে
লৈবাং লৈখন্না লৈতেংলে
ঈচেল তপ্লা ঈপাকসে
ঈথক হৌবে লৈবাংশিংনা।

কাযনা ঈশৈ শক্লম্বা
খোংজোম কৌবী তুবেলসে
তীর্থ ওইবেদো ঙসিদি
মবৈবাক নীংবা মচাশিংগী
সনাগী কালিনা ইখবে।

চেপ্লাব ঈচেলসে লেপ্তুনা
তল্লি বাবী মীবোনশিংদা
থৌনা ফবা মচাশিংগী
থবাযনা পোল্লা শীখিবদো
চোকথবা লৈত্রবা মহাক্লা।

১৪ ১০ ২০০৫

# হে-লময়ানবা হো-শিনশুবা

হে লমযানবা হো-শিনশুবা
কোলে'ই মিংদি 'হে ইবাবত'
পোক্লববা নহাক অমুক হন্না
নযম লমদম (পিশুম) মৈত্রবাকসিদা।

কপি ৱাখল খল্লিবা
নম্বুল তুবেলবু তুংওইননা লেপ
নখূৎ খূদোম্বী শীংদুনা
অচৎ অওক যেংলিবদি
কপি হাযগে খল্লবনো।

মফম খঙদ্রবা কোযঙাওনববা
নবোয ননাওশিংবু লমজিংবীবম্মু
ইল্লক্লবা নহাক্লা নবর্মসিদা
অচুম্বা মাঙখ্রবা লমদর্মাসবু
চিংবিবম্মু চাওখৎপগী লম্বীদা।

১৪ ১০ ২০০৫

# মণিনি নঙদি মণিপুর

মার্না নঙদি মণিপুব
লমদামা নুংশিবা ঐখোযগী
মীথোয মীহেন পোকপানি
লন্না থনবী ইমানি নঙদি।

চীংদা যেংই ঋাত্তেদো
তমদা কোযকই শুম্বাংলি
লোক্তাক কৈবুল শেন্দ্রানা
ইমা নঙগী শকফাম্নি
উখুল শিবোই লীলিনা
ইমা নঙগী নাচোম্নি
শগ্তাই লাবা অমোম্না
পৃথি থুংনা শক্তাকপা।

যেংলসু ঐখোয শান্নবদা
ঋাগ্তে অতৈ কনাদগী
কুঞ্জবাণী মেনী কোম
তীঙ্গোংলৈমা দিঙ্কুসু
ইমা নঙগী নচানি
মীথোয মীহেন ঙাক্তান
থাবা লোইবোই নহাক্কী
নাতিক নগুণ মালেম্না।

১০ ১০ ২০০৫

# লাইগী নিংথৌ লাইনিংথৌ

লাইগী নিংথৌ লাইনিংথৌ
হে শকউদবা ইবুংঙো
চঙজবি ননাইনা নখুযদা
থৌজাল ইবাক খীকপিযুনে।

যাইবা কোনগী মপুথৌ
যুমথোঙ খূদিং ঙাল্লিবা
তাইবং থুংনা কোযঙম্বা
নতীক লৈবা নহাক্কি
তাঞ্জে থাবী ননাইনা।

হাযজবদা পেনর্বাবা, চঙজববু ঙাকপিবা
শাংনর্বদি যাদবা ইবুংঙো
লংজেল খাবা নহাক্কি
অশোয অবান ঙাকপিযু
অফ নুংঙাই পীনর্বাবিযু।

১৫ ১০ ২০০৫

# শোল্লু পুক্লিং অপঙবা

শোল্লু পুক্লিং অপঙবা
মপু মাগী মিংলেনবু
মল্ল তাইবং ঈপাকসে
লানবিবগি মপু মানা।

কবি কাউবি নহাক্না
তাইবং পুন্সি খোঙচত্তা
শেল্লীবসু মহাক্কি ক'উগনু
তিনখিনি অমুকসু মফমদা।

সন-খুমসু অবেল্লনি
মপ মিংলেন নত্তনা
ইচা ইশু মবী মতা
লৈবেই অবোইবা মতমদা।

১৫ ১০ ২০০৫

# পঙইদকো রাধা ঐসে

পঙইদকো বাধা ঐসে
কবিগী পাম্লুবনো মহাকপু
কুচু মুবা শ্যামদো
থম্মোযসে মৈশা লাংনববা।

নাকোং অসে মেনশিল্লগে
বাঁশী খোঞ্জেল তাদনবা
মাবু অমুক উদনবা
মীৎ অসে তাঙলসনু
থল্লাযসে থাবগে চোংথদুনা
যমুনাগী কল্লব ইবোন্নুংদা(ঈচেলদা)।

লেংলবোই অমুক ইখুৎসিনা
মালিকা মালটি লৈবাং লৈখল
চৎলবোই তোমালগী মখোংদসু
থম্মোয় ওৎপা মহাক্কো
থাইববোই ঐনা চুসিদ
তাইবংসে থাদোক্লুনা চৎলগেনে।

১৯ ১০ ২০০৫

# হে শম্ভু মহাদেব

হে শম্ভু মহাদেব
কৈল্যাসপতি মবুংঙো
খুরুমজরি তোল্লবা ননাইনা
হে শিব শঙ্কর ভোলানাথ।

হাযনৈদো নঙদি পীনহৈবনি
তোল্লবা ননাইদসু পীনবিয়ু
নঙগী থৌজালগী ইবীকশিং
চঙজবি নখোঙ থম্বালদা
খ্বাং চাংজৌ লোন্নদুনা।

খঙজদে ননাইদি ভাক্তসু
নাংথিবা পোৎলমসু লৈজদে
নঙগী চবণদা কৎনবা
মীৎলু পিবাংসে নঙনা
অতৈ কবিসু লৈজদে।

২৩ ১০ ২০০৫

# কৈলাস চীংদোলথক্তা ঙাম্বোইরিবা প্রভু

কৈলাস চীংদোলথক্তা ঙাম্বোইবিবা প্রভু
গনেশ পিতা মবুংঙো
ঙাওইদকো নঙসে ঙাওইদা।

নশা পুষ্পা পুংবাউ ব্লাউ
ওন্না থোইনা শান্নবগী
কবিসু নাচুংবিদবা কবিসু থৌওইবিদবা
ফজৈদকো নঙসে হো- -ফজৈদা
হাযনৈ নঙবু তাইবংনদি ঙাওই চাযনৈ।

অদুবৈ নঙগী (ববদগী) নপান্দগী
পাণ্ডুবকী ভীষ্মু চানাবদুনা
শৌকনি মামাবু ব্লাঙনখিবা
নঙগী ঙাওববা লীলানি
লৈবোই নঙগী পীনহৈবা
ঙাওইদকো নঙসে ঙাওইদা।

২৩ ১০-২০০৫

## হে নীলকন্থ নমিং শায়োন য়াম্লিবা

হে নীলকন্থ নমিং শায়োন য়াম্লিবা
শিব শঙ্কর, শম্ভু
ভোলানাথ, ভুটনাথ, গৌরিনাথ।

মবোল অহুমদা নঙতনি
ব্রহ্মা, বিষ্ণুসু নহাক্নি
নুংঙাইবগী মশক পীবিবা
অথোইবা নগুণনা লৈতেংবা
খুকমজবি নঙবু ননাইশিংনা।

মৈ ঈশিং, নুংশিৎসু নহাক্নি
অচৎ চত্তসু নহাক্নি
পোকপসু লৈতে নহাক্তি
শিবসু লৈতবা নহাক্নি
মবোল অহুমগী মবুংঙো।

১৯ ১২ ২০০৫

# গঙ্গাবু কোকথক্তা থোংলিবা, লৈতেংলিবা

গঙ্গাবু কোকথক্তা থোংলিবা, লৈতেংলিবা
প্রলযগী মৈবী থোকহনবা ওমবা
ভগবান কৃষ্ণগী অথোযবা শিষা
চওর্জাব নখোঙ খূযাদা ননাইনা।

তাইবংবু শুদ্ধংপা শক্তম ওইবা
পাপ্পু মাঙহনবিবা ইবুংঙো
মঙ্গলগা মশক ওইবা
কনবদগী কনবা নহাক্তি
লাই পুম্বগী অথোযবা।

মবোল অহুম্বু ঙাকশেনবিবিবা
মবোল অহুমগী মবুংঙো
জীবশিংগী থব্লায় পুম্নমক খঙবা
হে বীবভদ্র, হে মহাযোগী
হে মহাবুদ্ধি, হে মহাশক্তি।

২০ ১২ ২০০৫

# ঐ ঙসি কেশিল্লগে

ঐ ঙসি কোশল্লগে মচু তানা থেকশিল্লগে
নঙগা উনবা চৎলমদাইসে
নঙনা ইনা কুগী লপথোক্লিংদনবা
কবি নুংশিবা মনম চাইশিগে
কবি ফজবা ফিজোল শেৎসিগে।

নঙগা শ জৎ ঐ চিংনবা লৈ
নমীৎ থাম্মী নমীৎ থাম ঙাওই
মীনা হায়নবসু তাবে, ঐনা চিংনবসু কুইরে
অদুবু খঙনি
ঐগী চানবালগী ফজননা
নঙবু নুংশিনা থেল্লগে ঙসিদি
ঐগী মীৎচিগী থৌব তেন্না
নঙগী থম্মোযবু ফাবগে লায়না
ঙসিদি খঙনি, ঙাওববা নঙসে
পুন্দুনা থমগে শল্লাংসিনা।

লমহেনবীনি ঐদি অঙাওবীনি ঐদি
নঙতগী রাখলদা নঙতগী মঙলান্দা আ
ওইহল্লিংদে নঙবু লম্লানবী কনাগী
লৈহল্লিংই লেঙদ ইনাক্তা অসুম
তোয়না উনসিকো অচীকপদা
কনা খঙদনা ঐখোয অনীতা
অদু ওইবদি -
নঙগা উনবসে কৎশিল্লগে
অতোপ্পে রাখল চঙদনবা।

২১-১২ ২০০৫

# ঐগী মণ্ডলানগী চান্নবী

ঐগী মণ্ডলানগী চান্নবী
ঐগী নুংশিবী ওইরিবী
মায়কৈ খূদিংদা নণ্ডতনি
উরিবসে ইমীৎসিদা তোয়না।
নণ্ডগী শুব্ধৎলা মায়থোণ্ডদুনা
নুংশি ইনোৎ কাইহৌবিরে।

নণ্ডনা হূবিশ্রবা থম্মোয় ঐগী
কনা খণ্ডদ অসুম তূমিন লৈজরম্বা
অব্রাবদসু নুংঙাইবদসু মৈশা ফাওবে
কোয়না পুরে মৈশা ফাওরে
হো মায়কৈ খূদিং নুংশি শক্তমতা উবে।

থম্বীয়ু নণ্ডগী থম্মোয়গী লৈকা খূদিংদা
ঙাওরবা ব্রাখলসে নণ্ডনা ইণ্ডথহনবিয়ু
ব্রাখল ঐগী ব্রাখল লৈকোলনুংসিদা
লোম্বা নাইদা খুইথবা লৈতনা
হে কুমওন খূদিং শাৎপী লৈরাং ওইবিয়ু।

২৩-১২-২০০৫

# ঐনা নঙবু নুংশিবগুম

ঐনা নঙবু নুংশিবগুম
নঙনসু ঐবু নুংশিববা?
খল্লি ঐনা যাম্না ৱানা
অহিং কয়া নঙতগী
মীৎকূপ খূদিং চিংন-পৈবেনুংদা।

নঙগী ৱাঙাঙ খূদিংদা
থম্মোয় ঈবাং হৌহনখি
নুংশি নপাউ তাকবগা
ৱাখলসে লৈতাফম খঙহন্দে
মসিবনে নুংশিবা, নঙবু অসুম তৌববনে।

য়েংলুবা খূদিং নঙতনি ইমীৎসিদা
ইথক হৌববা ৱাখলসিদা
পুবি নঙনা ঐবু
ৱাংলবা আশাগী চীংদোল কয়াদা
হাঙলবা নোংদোল অতিয়াদা শান্নহল্লি
অকি-তুজুং য়াওদনা,
ৱাখল চেক্লা ওইদুনা
লোইবা খম্বা লৈত,
নুংশি নঙগী ৱাখলদা।

২৪-১২-২০০৫

# ফজৈ হায়গে নহাকপু

পাঃ ফজৈ হায়গে নহাকপু
ঐগী মীৎয়েং ব্রাখল্লসিনা - -
পীঃ চুপ্পবা নঙনা ঐবু ফজৈ হায়বা
কযাম শেংলবগে থম্মোযদুবু
নঙনা ঐবু ফজৈ হার্যবা
পাঃ থম্মোয থম্মোয 'তায়বন'
ইফদা ফজৈ ঐগোন্দদি
মসিদবু অমুক শেংবা শেংদবা লৈবিববা '
পাঃ অহানবা উকবা মীৎকৃপতা
চিংশিনখিনে ঐবু নঙনা - -
পীঃ ঐসু খল্লি নহাকসে
ঐগাদমক ঈশ্বর মানা থাবকপবা
পাঃ নঙগী মীনোক উকবদা
লৈশাৎ তম্লে লৈকোলসিগী লৈবাংশি
নঙগী মাযথোঙ যেংলুবগা
নোংদোল থাজনা কৈদৌবনি, ইকাযজবা নঙনা।
পীঃ হাঙলা থম্মোয লকাদা
ওইবযু নঙনা লমজিং মৈবা
পূঃাঃ 'ইংলিঙৈ মপোকসে নঙগীনি নঙগী'
চংশিয়সি লমথুংফমদো যৌনা
পীঃ লাইজগী লৈম্লেগুম
পাঃ থাজগী শোংইনগুম -
পূঃাঃ পুন্সি চপ্পা নঙগা ঐগা
হবাও মীনোক তম্মিন্না
মফম খুদিং যৌকসি
অচীকপা লৈকোলদা চংলুসিনে, যেংলুসিনে
চীযা - তমযা কোযকসি।

২৯ ১২ ২০০৫

# ঐগা মীৎচানসি হো নঙবু শকহেনবী

ঐগা মীৎচানসি হো নঙবু শকহেনবী
নাথৈখিনু নঙগী মীৎযেং ঐঙোন্দগী
থম্মোযগী পাউদমসু, মীৎচিগী মবোলসু
খঙলমগনি নঙসু থম্মোয পাম্লদি।

খঙই ঐসু নঙগী মীৎযেং
কবিশুম্বা অমা লোত্তুনা থম্লিবা
যেংশিন্নদা হূদুনা যেংলম্বা নঙনা ঐবু
কবিগী অমুব ইকাযথিবী মতৌ উৎতুনা
ঐগী মাঙদা লেপ্লা ঙমদ্রিবা।

কোযবাওনবী নঙগী মীৎসনাগী মবোল
তাখ্রে ঐগী থম্মোযগী থূপ্লবা কাচিন্দা
আইং কযাসু তূমদা নঙগী মঙলান্দা
মীৎযেংগী অর্থ খঙনবা ঙিকবে
মসিবু ঐনা পামজকবা হাযবদুবা?

২৯ ১২ ২০০১

# ঐগী পুন্সিগী মরুপ ওইরম্বী

ঐগী পুন্সিগী মরুপ ওইরম্বী
নঙনা অসুম্না মীরায়বিরকপসে
হৌখিবদা নোংমতসু খল্লুবা লৈতে।

নঙনা চল্লম্বা নুংশি পাউখোংদা
তাউজখি পুন্সিসে মঙলান অমদা
অহানবা নুংশিবা ওইরুবনা নঙবু
ঐহাক্কী থম্মোয়দা চেৎনা থমজরুই
লেপ্পবোই খন্দুনা নঙনা ঐগী।

কবম্বা নঙগী লেপত্রবা ৱাখলনা
করি অহেনবা পামদুনা কনাদগী
নুংশি খঙদ্রবী নতৌ লৌদুনা
ইরাল কয়া শীবিদুনা ঐবু
থাদোক্লগে হায়না খল্লবরা
কাউথোক্লবসু নঙনা পুন্সিসিগী
লেঙদনা লৈহৌরগনি নঙবু নুংশিবদি থম্মোয়নুংদা।

২৯-১২-২০০৫

# নঙগী শক্তম নঙগী মায়খোঙ পৃক্লিং হূরিবী

নঙগী শক্তম নঙগী মায়খোয় পৃক্লিং হূরিবী
খল্লি অসুম ৱাখলনা মায়া পুবিরা
থৱায়গী থৱায়গুম নঙ ৱাখলদা লৈরিয়ে
চৎলে-চৎনা নঙবু, তূম্লে-তূম্না মঙদা
তোয়না লাকই নঙসে ঐগী ৱাখলদা।

কৌরকউ থেংনবদা হবাওনা নঙনা
পেঞ্জগে থম্মোয় ঐগী মঙলানদা নঙগী
নোংমতসু লাক্কুনা ইনাক্তা ফমদুনা
হবাও মীনোক তম, নুংশি নপাউ তম
মীৎচিগা মীৎসনাগা, থম্মোয়গা থম্মোয়গা
ৱাবী কয়া লীনদুনা পাউখোং কয়া চন্নদুনা
থৱায়গী থৱায়গুম নঙ ৱাখলদা লৈরিয়ে।

করিগী নঙনা অদুক হঙ্গোইবা উৎলিবা
তূমিন্না য়েংদশানা য়েংলম্লগা
চমজববা থম্মোয়সে কাইহৌবিরম্লগা
নঙগী কবম্বা নুংশি চাংয়েংনো
মায়া পুবিও থম্মোযসে ইঙহল্লো
হায়যু তম্মু চীখদনা, নুংশি নপাউ খাকপা লৈতা
থৱায়গী থৱায়গুম নঙ লেঙদনা লৈরিয়ে।

৬ ১ ২০০৬

# চীংমী তম্মী পূন্দুনা

চীংমী তম্মী পূন্দুনা
ইমা নঙবু থিবক্লে
কর্বিগী রাবি ইমাও
মোমোন মীনোক তপ্লোনে।

লমফাং চোইনা চৎলুবা
নপাবী নমোম কয়ানা
থিবক্লে নঙবু কৈদনো
লর্মাজিং মৈবা চুশৎনবা।

লাউবক্লে অপূনবৈ খোল্লাউদা
ইমা নঙনা অথোর্বানি
লৈবোই মফম কৈদসু
নঙগুম্বী অমা থিদুনা।

৯ ১ ২০০১

  

অইবগী কোঙখ্রবা লাইরিক:-

১. বিদায়না পম্লুং ওইরগেরা... (২০১১)

মমল:- লুপা ১৩০/-



শৈরেংবশিংগী অপুনবা লুপ (শাল), মণিপুর